শরৎ চন্দ্রগী

# বিন্দুর ছেলে

ইন্দোকলা
সুবর্ণ

# বিন্দুর ছেলে



শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

হস্তাক্ষর—
রঘুমণি

কোঙবী—
শ্রীমতি এল, সনাহনবী দেবী
ব্রহ্মপুর, নহাবম।

অহানবা থুংনম ১৯৮৮ ইং
কোপী মশীং ১০০০

মমল লুপা [illegible].০০

ফংফম—
দেবলা বুক স্টোর
মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

মক্কম—
দেবলা প্রেস
মসজিদ রোড ইম্ফাল।

# ঋাহৈ অনিদং

সাহিত্য জগৎতা শক্লাইরবা সাহিত্যকার শ্রীশরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী 'বিন্দুর ছেলে' (বিন্দুগী মচানুপা) বু হৈহৈজলোন্দা হন্দোক্লুবা অপাবশিংগী মিৎয়েং-মাংদা লান্থোকচরি। মসি ঋাঋিবমখৈ লায়খোকহল্লবা হোৎনবদা ঋাহৈ-ঋাতানচিংবা থক্না কোংদোক-কোংজিন তৌখিবা থক্না য়াউখি। অদুগা অসিগুম্বা মিংচৎ লৈরবা অহৈবা অমগী মশক-মখিং নাইরবা লাইরিক অমম্বু মশাগী লোন্দগী অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপা হায়বসি অশোয়-অঙাম য়াউরোই হায়নিংঙাই লৈতে। অদুম ওইনমক বঙ্গদেশকী মশক নাইরবা সাহিত্যকারনা ঋায়েং অসিদা পীরিবা কাউৎনমক্রবা মদাওত্ পামজক্লুবনা লাইরিক অসি হন্দোকচক্লুবনি।

লাইরিক অসি কোংদোক্লুবগীদমক ঐগী ইয়াম্বা শক্লবা ঊকাই-খুমরবা শ্রীমোইরাংথেম টবোতোম্বী (রিভিনিউ অমসুং ভেটিনারী মিনিস্টর) না মহৌশাগুম অচৌবা মতেং পীবিরকপদগী লাইরিক অসি পাবিরিবশিংগী মুংশি-মিৎয়েং-মাংদা লান্থোকচনবা খুদোং কংজবনি। অদুনা তেংবাংবিরিবা ইয়াম্বা অসিগী মফমদা পুক্নিংগী শিংগুম্রোইদবা লমন তোনশিজরে।

হন্দোকচবা—

# বিন্দুর ছেলে

## অমা

যাদব মুখুর্য্যে অমসুং মাধব মুখুর্য্যে পোকমিন্নবা মচিল-মনাও নত্তে, ৱাক্ষম অসি মখোয় মশামক ফাওবনা কাউনগ্রবনি, মপালগী মীনম্বু কাউনগ্রবনি। লাইরবা যাদবনা য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা মনাওনুপা মাধবপু আইন পাশ তৌহনখি অমসুং য়াম্না কন্না হোৎনদুনা লনগী মপু জমিদারগী অমত্তা পোকপী মচানুপী বিন্দুবাসিনীবু মনাওনুপাগী মৌ ওইনা য়ুমদা পুরকপা ঙমখি।

বিন্দুবাসিনী চাংদম্লিংঙাই লৈতনা মশক ফজে। মহাক্না মপা লৈতবা শক অমসুং নুপা লিশিং তরা পুহনা য়ুম্বানবা লাকখিবা অহানবা নুমিৎ অদুদা অন্নপূর্ণাগী মমিত্তা হয়াও-পীরাং ঈহৌখি। য়ুমদুদা মনেম-মকু, মচলনুপী, মনম্বা লৈতে, মহাকমক্তা য়ুম্বুরেনবীনি। মৌ অতোম্বীগী মাইথোং থাঙ্গৎতুনা য়ুম্লোন-কৈরোম্নবশিংগী মফমদা মহাক্না নাপল তৌনা হায়রম্মী, "য়ুমম্না

মৌ পুশিল্লকপা তারবদি অসিগুম্বা পুশিল্লকদবনি। তশেংনমক লক্ষ্মীগী মূর্ত্তিনি।"

অদুবু নুমিৎ নিনিদংদদা মহাক্কী অশোয়বা অদু খঙজরকখি। নিনিদংগী মতুংদা খঙলম্মী, মৌ অক্তোম্বীনা শক অমম্লুং শেল পুরক্লিবা চাং অদুদগী শরুক মখি হেন্না নাপল অমম্লুং রারো চাউবা পুরকখি।

নোংমা মৌ অহলনা মপুরোইববু মরুমদা কৌশিল্লগা হায়রম্মী, "তাবিরিব্রা, শক্তা শেল মরোমগা য়েংলগা য়ুমদা মৌ পুশিনবিরক্লে, অদুবু মসিদি খারৌমি!"

যাদবনা রাকম অসি খাজবা ঙম্লমদে। মঙক লোমহুনা "হোয়নে," "হোয়নে," অনিরক হায়হুনা মহাক জমিদারী ওফিসতা চংখি।

যাদব খোইদোক্লা মপুকচেল তপ্পা মখলগী মীওইনি জমিদারী ওফিসতা মায়েবকী থবক তৌই অমম্লুং মযুমদা হল্লরুগা পূজা-পাঠ তৌই। মাধবনা ময়ামদগী চহি তরানিখোই-য়োম হন্নে, উকিল ওইহনা শিল্লমহুদা শেল তানবা হৌব্রে।

মহাক্লা চংলক্লগা হায়রৈ, "ইতৈমা, শেলদবু কাদানা পুমমক্লি থনব্রা? নুমিৎ নিনিদং ঙাইরবদি ঐন্দু শেল য়াম্না তাল্লগা শিন্নরবা ঙমগনি।"

অন্নপূর্ণা তুম্মিন্না লৈরম্মী।

মসিদা নত্তন খুদোংথীবা মসিমন্থ খোক্লরে, মৌ অতোপ্পীবু হায়রক্লবা উপায় লৈতে। মহাক্না অশ্নুক শাথীবা ফংনা ইরাং তৌরম্মী মহুদি, মাইকৈ অদোমদা হয়া য়েংলুবা কাওবদা ইমুং হুপ্লা মী পুম্নমক মকোক চিকই, ডাক্তর কৌত্রবদি উপায় অমুক লৈতে। মরম অসিনা শামজনা লুহোংবিক্লবা অহুমক শোয়রবনি হায়বা রাথল অসিমক ময়ামগী থম্মোয়দা চপ যুংনা লৌনগ্রে। শুপ্পগী যাদবদদি খোঙকম হোংদে। মহাক্না ময়ামগী মায়োক্তা লেপতুনা তন্তনা হায়রম্মী, "নত্তেনে নত্তে, নখোয় তুংদা উরক্লনি। ঐগী ইনাওন্নুপীগী অসিগুম্বা জগদ্ধাত্রীগী মতৌগুম্বা শক অসিবু তশেংনা হেক্তা অরেম্বদা তারগদ্রা ? মহু ওইখোক্লোই।"

নোংমা করিনো রাকম অমগী তুংদা মৌ অতোপ্পী মাইখোং কাহংনা চপ য়ুংনা ফমহুনা লৈরম্বা উবদা কীবনা অন্নপূর্ণাগী মথরায় পাইখোকখিগদোবগুমগ্রে। খুদক্তা মহাক্না করিনো অমা খঙনিং নিংশিংলক্লে, ইমুংদা চেনশিল্লগা মহাকী চহি অম-মথায়দা শাইরিবা তুম্লিবা মচান্নুপা অমূল্যচরণবু চিংখোক্লুনা পুক্লগা বিন্দুগী মতম্পাক্তা থাদরম্লগা মহাক হৌহুনা চেনশিনগ্রে।

অমুল্য মিংকপ ফাদবনা কপ্লক্লে।

বিন্দুনা থরায়-হকচাং য়াউনা মশাবু ফাথজহুনা রাম্থগদবদগী মশাবু কঞ্জরগা হুপামচাহু মথাদা পমহুনা ইমুংদা চংগ্রে।

অন্নপূর্ণানা মরুমদা লেপতুনা মহু য়েংলম্মী অমম্নুং শজিং হৌবগুম ইরাং তৌবগী শিদহিদাক থিবা ফংহুনা মপুক্লিং মকা লামজরে।

ইমুংগী থবক পুম্নমক অন্নপূর্ণাগী মথক্তা নল্লি হায়রগনা মহাক্তা মচান্নুপাবু য়েংশিন-থিজিনবিবা ওম্লমদে। মরুওইনা, নুমিৎ চুপ্পা থবক-ইথাং নোম্মুবগা অহিংদা তুম্বা ফংদ্রবদি মহাক হেক্তা শাই; অহুনা থোদাং অসি মৌ অতোম্বীনা লৌথিবনি।

থা অমরোমগী মতুংদা নোংমা অযুক্তা মহাক্তা মচান্নুপাবু মথাদা পমহনা চাকশঙদা চংলক্লগা হায়রকই, "ইচে, অমূল্যধনগী শঙ্গোম কদায়?"

অন্নপূর্ণানা থুনা য়াংনা মখুত্তা তৌরিবা থবক থাদোক্লগা কীনা কীনা হায়রকই, "মিনিট অমত্তা ডাইখো ইনাও, হৌজিকমক থাঙ্গৎলগে।"

বিন্দুনা মতুংদা চংলকপগা মহু হান্না য়েংখোকপ্রবনি, খোজেল য়াক্লা হায়রকই, "ওয়াংম্বু নঙোন্দা হায়প্রবনি, ঐ পুং নিপাল তাপ্রিদ্রৈদা শঙ্গোম পাম্মী হায়বা, মহু কৌজিক পুং মাপলহুম তাপ্রে। থবক অহু নঙোন্দা অহুক হাক্লা য়ানা থোক্লবদি ইচে, শেংনা হেক্তা হায়বা য়াবনি, ঐ অতোপ্পা উপায় অমা য়েংলম-গদবনি। হোয় বামোন-নুবী, নহাকম্বু জ্ঞান খজিক্তা লৈতব্রা, ইমুং হুপ্পগী কীর্ত্তণগী চাক মিনিট অনি পন্থরবম্বু য়াবনি।"

বামোন ঠৌরাণী অহু তুম্মিন্না লৈ।

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "নহাক্তৌনা অঙাং মকে শেম্বিহনা কাজল থাবিহনা লৈথোকপা কংলম্নবদি ঐখোয়ম্বু জ্ঞান লৈগদবনি। মিনিট অমা ফাওবা ডাইবা অমুক ওমগ্রব্রা, ইনাও?"

মৌ অতোপ্পীনা মহুগী পাউখুমদা হায়রকই, "অহুক পুকচেল খাঙবদি করিগুম্বা লুমিত্তম্বু অমূল্যগী শঙ্গোম শোকপি-লাকপিরহু ; ঐস্থু য়াশকুনা হায়গিবসিনি, করিগুম্বা নুমিৎতম্বু অমুক হল্লা নঙোন্দা হায়জররোই।"

অসি হায়রগা মহাক্না অমূল্যবু লৈমায়দা ঙেক ফমহন্দুনা শঙ্গোম লোয়রবা থাং লৌরুরগা লৈরংদা থাঙ্গৎলরে।

খনঙমদবা থোংদো অসিদা অমূল্য লাউ-খোংহনা কপথৎলক্লে, বিন্দুনা মচিন মেন্দুনা হায়রকই, "ভুম্মিন লৈয়ু, ঈকাই-নাইদবা, ভুম্মিন লৈয়ু, লাউ-খোংলবদি থোক হেক্না হাংতোকদবনি।"

বিন্দুগী মতৌ অসিদা য়ুমগী মীনাই নুপী কদম্বা চেনশিল্লরুগা অঙাং পমখৎলগা পুহনা চংখিগদবগী তোবদা বিন্দুনা মঙোন্দা থমকা তৌরকই, "চংত্রো চংলো, ইমাংদগী চংত্রো চংলো!"

মহাক অমুক মখোঙ থাংদোকপা ঙমত্রে, কৌজবনা চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈত্রে।

বিন্দুনা কনাদম্বু করিম্বু অমুক হায়রুদনা পেহৌ পেহৌ তৌরিবা অঙাংহু পমখৎলগা শঙ্গোম শাহল্লকই।

অন্নপুর্ণা চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈ।

ডাইহাক লৈরগা বিন্দুনা শঙ্গোম পুহনা চংপ্রবরা, মহাক্না চাকথোংবীদা হায়রকই, "তারেদনা নুপীমচা অসিগী য়া হু নোংমা নোক্না নোক্না হায়খিবহুনি, অমূল্যসি নঙ লৌরো। মহু হায়খি হায়হনা চাউথোক্না ঐঙোন্দা ফাওবা চৈ-থাংলম্লেদনা।"

ওইনিংবা ওইজসনু, মতৌ অসুম তৌহনা অন্নপূর্ণাগী মচানুপা বিন্দুবাসিনীগী মতম্বাক্তা চাউরকই অমসুং মহুগী কল অসুম্না ওইরকই মহুদি, অমুল্যনা মপোললদা ইমা অহুপা অপোকপী মমাদনা ইচে হায়না কৌবা তম্লকই।

## অনি

মসিগী মতুং চহি মরি লৈরগা অমূল্যগী লাইব্রিক তম্বা হৌবা থুমিং অহু য়াম্না চাউনা পাংথোকই, মসিগী থংনবা থুমিংকা অমুক্তা অন্নপূর্ণা চাকথুমগী থনক্তা মথৌ চিন্না লৈরম্মী, মপালদগী বিন্দুবাসিনীনা কৌহনা হায়রকই, "ইচে, অমূল্যনা থুরুমজগদবগী লাক্লি, মপালদা অমুক্তা থোকপিরকউ।"

অন্নপূর্ণানা মপালদা থোরকপদা অমূল্যগী ফিজেৎ-লৈতেং উবদা পুমঙক ঙকখ্রে। মমিংগী কাজল থাই, লাইথক্তা চন্দন খিল্লি, ঙকশমদা সনাগী লিক্লাং পরেং শি, মশম থোমগৎতুনা লরায়দা পুনখংলি, ফিজেৎতা নাপু মচুগী ফিবান্দা মূর্তিকা ছাপা নম্বা মুগা-কৈজোম শেংলি, মখুৎ নাম্বদা লংতুং থাংবা লৈথাক্তা মুক্কু, শেগাদা কক অচা অমা খোঙ্গি।

বিন্দুনা হায়রকই, "ইচেদা থুমমোজলা ইবুংগো!"

অমূল্যনা মমাদা খুরুম্লে।

মহাক্কী মখোঙদা খোঙউপ য়াউদে; কিজেং মমুনা নমুনাগী বিলাতী কিজেং য়াউদে— অন্নপূর্ণানা ওইখোক্কবা কিজেং অসি উরদা নোক্কুনা হায়রকই, "মসি কাওবন্দ্র নহাক হৈবোয়েকো ইনাও! খঙলে, অঙাং লাইরিক তম্বা চৎপা ওইরিনিনে?"

বিন্দুনা মাইখোং মকালায়া হায়রকই, "হোয়, গঙ্গা পণ্ডিতকী পাঠশালাদা থাগ্রগনি। আশীর্ব্বাদ তৌথিয়ু ইচে, অসি নুমিং অসি মাগী মপুন্সিদা মহৈ য়াজনবা।"

মীনাইরোমদা হন্না য়েংহনা হায়রকই, "ভৈরব, পণ্ডিত মহাশয়দা ঐগী মিং পন্দুনা খোইদোক্কা চেকশিল্লা হাপ্পদবনি, ঐগী ইগানুপা্যু কনানন্দু কুংন-চৈহনবা য়াদে।"

"ইচে, লুপা মঙা অসি পাইশিল্লু, মিংথিনা সিধা অমা শেম্থিরগা লুপা থরা অহ হাপ্লগা কদম্বু পাঠশালাদা থরা খিলহন্দবিক।"

অসি হায়রগা মহাক্কা থম্মোয় পেন্না চুম্লনা মচানুপাবু পামথৎলগা খোকয়ে।

অন্নপূর্ণাগী মমিং অনিদা মীগী ঈরা ঊদোরক্লে; মহাক্কা চাকথোংবী বাসোন নুপীদা হায়রকই, "অঙাং হোৎনবদা শংঙয়ে। অঙ্কন ওইনমক মপুক্কথোক্কী মচানি পোক্কে— পোক্কম্বা খোক্কবদি কনানা শঙ্গনি করি খোক্কমগনা!"

চাকথোংবীনা হায়রকই, "মহুমক্কা ঈশ্বরনা মচা পোকহনবা ওইরম্বা য়াই, মশাগী চহি অন্নানিশান্ন-অন্নাম্নাপন ভরবা—"

য়াহ্ লোইশিনবা ঙংখিত্রে।

মৌ অতোম্বীনা মতোমদা অমুক হল্লক্লগা হায়রকই, "ইচে, আজাহনদা হায়নবিহুনা ঐখোয়গী য়ুম মমাংদা পাঠশালা অমা হাংদোকহনবা য়ারোইত্রা? খরচ পুম্নমক ঐ পুখোক্নে।"

অন্নপূর্ণা নোকখোরক্রে। হায়রকই, "হৌজিক্তি খোঙখাং অনি ফাওবা থাংদোক্লি, মসিগী মনুংসিদা য়াখল হোংলত্রা? মহু নপ্লগনা নহাকসু য়াউনা চংলগা পাঠশালাদা কমহুনা লৈরু।"

ঝিন্দুনা মপুক্কিং নুংঙাইতহুনা হায়রকই, "য়াখল হোংবা নত্তে, ইচে। অত্তুবু মশক উদনা লৈবনা অমনি, অতুগা ইমাংদা লৈবনা অমনি। ছাত্র পুম্নমক তাওশিন্নবা অঙাং তাক্লনি, মাবু পিক্লি হায়হুন্না করিগুম্বা ফুবি-চৈবিবা য়াই।"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "তোজসনু কৈদোক্লনি। অঙাংশিং হায়বশিদি ফুল-চৈনবা তাক্লনি। মতুদা নঙনা পুম্নমক্কী অঙাং খুদিংমক চপ মান্নে ইনাও, মখোয়গী মমা-মপানা থক্মোয় ফাজিন্দুনা, করিগুম্না পাঠশালাদা মচা থাবা ঙম্লগা নহাক্লনি করিগী তম্মোইদোরিবনো?"

অতোপ্পগা চাংদম্নবা অহু বিন্দুবাসিনীনা খোইদোক্লগা য়াজনিংদে। অহুনা মপুক্কিংদা লেঙবহুনা থইরবান্নে হায়রকই, "ঙসিদি কনাগুম্বনা করিগুম্বা মাগী মমিংত্তা কয়াম মচিনা থিলবনিদা অহু থইরুবদি কনদ্রোপ্লগে?"।

অন্নপূর্ণানা মাগী মপুক্কিংগী ভাব থঙজহনা নোক্কনা হায়রকই "অহ্ এইরবদি ডাক্তর য়েংহনবা তাইদনা। অহুবু নঙোন্দা শেংনা হায়রিবসিনি, ঐদি সুমিং তরেংনি চুপ্পা অহিং-নুংথিল ফনা থন্দুনস্থ খিনব-খোংপগী রাদি থনবদা থোক্লোই। অঙাং অহুক য়াম্না তস্লি, কনানা কনাগী মমিংতা কলম্না হল্লি হায়বা অহুস্থ অমুক্তা তাদ্রি।"

বিন্দুনা হায়রকই, "নহাক্না তাদ্রি হায়রহনা অহুগুম্বা থৌদোক থোক্লোই হায়নিংঙাই লৈত্রা? পাইরক্তা থোকপা খুদোংথীবগী রাবু কনানা হায়বা ঙমগদগে? ফরে, ফরেনে নহাক্না অমুক্তদি ঙাংনহনা য়েংবিয়ুদনা, মহুগী মতুংদা থোক্লবা অমা লাক্লনি।"

অন্নপূর্ণানা শকক্ষম হজিন্দুনা হায়রকই, "থোক্লগদবহু শং শংনা উরবনি, নহাক্লবু অমুক্তং লেপপ্রবদা অমুক হোংহনবা য়াখিগদ্রা? অহুবু ঐদি অহুগুম্বা অমঙ্গলগী রাহু চিন্দা পনব-লাকপা ঙমজরোই। অহুগা নঙস্থ বা-লাং ইঙাং ঙাংনদবদি নত্তেদনা— নশামক্লা হায়জৌ।"

হন্দক্কি বিন্দু শাউরক্লে, হায়রকই, "হায়বা তাবনি। অহুক লাপ্না নুমিং খুদিংগী ঐগী ইচানুপা থাবা ঙমজরোই— মসিদা কনানা ফত্তনা থনগে থঞ্জসনু, অহুগা থল্লোই তোকচসনু, অহুগা মা লাইরিক হৈগে হৈসনু, হৈত্রে হৈতসনু। হাই কদম, নঙবু সিধা থিল্লু হায়ত্রিত্রা? নঙৌ-নয়া কাহ্না লেপত্নুনা লৈরিত্রা হাঁ?"

মহাক্কী অশাউবা ফিভম অহু য়েংলগা অন্নপূর্ণানা তৌকম থঙদনা হায়রকই, "সিধা থিলহনগ্রগনি। অহুক হাক্লা ফিঙ্গংপা

হৌনদে ইথাও। কয়ে, নঙগী নচাদি চাউরক্লরোইরো ? মাবু নঙনা পুন্সি চুপ্পা নথাদা কোননিন্দুনা থম্বা ঙমগদ্রা ? মসি থম্মহুনা য়েংন্রিবা করিগীনো ?”

মৌ অতোম্বীনা মহুগী পাউখুম পীদনা হায়রকই, “কদম, সিধা কংলগা ওঝা-ইবুংঙোগী খুয়া-উফুল থবা লৌহুনা মাখী মকোক্তা হাপ্লিগদবনি, অহুগা অঙাং পুহুনা শং হল্লক্লদবনি। মতোন্দসু সুংথিলদা অমুক্তা চংথোকপিরকউ হায়রম্মু। থঙলরোই হায়না থঙশিন্নখিত্রবা মীশক অহুনদি অমুক তাক্লক্লবগী করি কাম্নখিগদগে ? হায়রিবসিনি, অশিকপা অঙাংনি হায়হুনা করিগুম্বা কনাগুম্বনা ফু-চৈরকপা থোক্লবদি, —নত্তে, পুন্সি চুপ্পা ঐনা ইথাম্না কোন্দুনা থম্বা ঙমগত্রকা হায়জবা শাম্নি ! করি ঙমগদগে, ঙম্মোইদগে হায়বগী পাউতাক লৌগে হায়হুনা নাকপা নত্তে।”

অদি হায়রক্লগা মহাক পাউখুমগীদমক ঙাইরবা তৌদনা য়েং য়েং হাইহুনা চংথ্রে।

অন্নপূর্ণা চঙক্লহুনা চপ লেপথুনা লৈত্রে।

কদয়া হায়রকই, “অমুক লেপথুনা লৈথোকপিরম্মু ইমা, হৌজিকমক অমুক হল্লকপসু য়াই। মহাক্কা নিংত্রবদা বিধাতানা কাওবা মাগী মপুক্লিং হোংহন্নবা মতিক লৈবা নত্তে।”

নুমিৎ অমহুগী নক্তা মনুংদা ছুবুরের কালি চারবা কমু'দা থিগনুনা তোলৈ মটিনা চুপথুনা লেপ্লিঃ ইসোং অপি,

অনিঙ্গা মতম অসিদা পুনাগী ক্রোক ক্রোক খাইবা মখোয়গী খোমকই।

যাদবনা য়াম্না রাম্না মখিং পাংখোক্লগা হায়রকই, "কনানো ?"

অন্নপূর্ণানা ইমুংদা চংলক্লগা হায়রকই, "মৌ অতোপ্পী করিনো হায়গদবগী নাক্কি, অমুক্তা তাবিয়ু।"

যাদবনা তোকম খঙদনা হৌগৎলুনা কপ্লগা হায়রকই, "মৌ-মচা ? করিনো ঈবেম্মা ?"

মৌ অতোপ্পীবু মহাক্না য়াম্না নুংসি তৌই।

মৌ অতোপ্পী বা ঙাংদে, মহাক্কী ওইনা অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "মাগী মচানুপাগী ২মি ত ছাত্রশিংনা কলম্না খিল্লকনি, অহুনা ইখোল মনুংদা পাঠশালা অমা লিংখৎপিয়ু হায়রি।"

যাদবনা মখুতগী তোংজৈ অহু শং হন্দোকল্লগা মুংশাথীনা হায়রকই, "কনানা মখিত্তা খিল্লক্লিবনো ? য়েঙ্গে কদায়, কয়া শাথীনা শোক্লবগে ?"

অন্নপূর্ণানা তোংজৈবু থুনগৎলুনা পীরগা নোক্লুনা হায়রকই, "হৌজিক কাওবদি কনানসু খিল্লি— কবিগুরু খিল্লক্লবদি কায়রগী অনিমা।"

যাদবনা মপুক্কিং নৈজনা নক্লগা হায়রকই, "ও: কবিগুরু খিল্লক্লবদি হায়রগী বা ওইরে! ঐনা খাল্লবদি থক্লে—"

মরুমদা নেপুক্লুনা নৈবিবী মিরুনা মখোয়গীদো প্রোক প্রোক

চারুক্তুনা খোঙেল নিক্লা হায়রকই, "ইচে, ওইদবা রা ঙাংবা ঙম্মোই হায়বিখিবা নত্রা— অমুক বা হায়ক্লরিবা করিগীনো ?"

অন্নপূর্ণা মপানম্থ খঙজ, মাগী রাঙাং অহ্ মওং তাদে অমম্থং মহুগী ফলম্থ অফবা ওইরোই হায়বা। হৌজিক কাখিল্লবা খোঙেল অসিগী মুংগী অর্থ ময়েক শেংনা ভাব তারহুনা মহাক তশেংনমক চিংনরক্লে। মাগী শাউনিংবহ্ মপুরোইবগী মথক্তা হৈথরক্লে ; অহুগা মঙোন্দমক অতম্রনা হায়রকই, "কানিগী নেশাদবু মীওইবনা মিং পাংবা ঙমগত্রা, নাস্থ তাবা কংখিগত্রা ? ঐনা হায়জরিবনা করিনো, অহুগা ভাবিরিবনা করিনো ! 'কদায় য়েংসি কয়া শাথীনা শোক্লবগে।' অমূল্যবু মমিং তাংহন্লে হায়মা ঐনা হায়ত্রব্রা ? ওপ্নগী ঐঙোন্দা মাইকৈ খুদিংমক্তগী মৈচাক হাপ্লদনি !"

রা ককলুবা ঙমত্রবা যাদবকী কানিগী মুংঙাইবা নেশা চেনখিবগুমপ্রে ; মহাক্লা তৌকম খঙত্রহুনা হায়রকই, "করিগীনো, করি তৌরবগেনে ?"

অন্নপূর্ণানা শাউনা হায়রকই, "মসিমক কহুম কমনগ্রবনি। অসিগুম্বা মীশকা রা ঙাংনকুবা অরেম্বনি— ঐগী লাইবক্তা কণ্ডনা তম্নম্বননি।"

অসি হায়রম্রগা মহাক শাউরংননা কা অহুমগী থোকপ্লে।

যাদবনা হায়রকই, "করি ভৌরবগে ইবেম্মা, শেংনা তম্মুদনা ?"

বিন্দুনা খোঙজিল মরুমদা লেপহুনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "মপালগী কৈ মমাংদা পাঠশালা অমা থম্নবদি—"

যাদবনা হায়রকই, “মতু করিবু লৈবা খবক্লোনে ইবেম্মা। অহুবু কনানা ওঝা ওইবিগদগে?”

বিন্দুনা হায়রকই, “পণ্ডিত মহাশয় লেংলক্লম্মী, থাদা লুপা তরা পীরবদি মহাক্না পাঠশালা হোংদোরকনি। ঐনা হায়জরিবদি, ঐগী তুংশিল্লিবা শেন্দোয়দগী খরচ ‘পূম্বা পুখোকচগে।”

যাদবনা পেল্লহুনা হায়রকই, “করেনে ইবেম্মা, হয়েংমক মী থাজিন্দুনা খবক হোংল্লগে, গঙ্গারামবু কবিগুম্বা মকম অসিদা মাগী পাঠশালা হোংলক্লবা, মতুদি য়াম্না ফরবা য়াকন্নি।”

মতৈ-ইবুংঙোগী হুকুম ফংবদা বিন্দুগী অশাউবা কোকক্রে।

মহাক্না মাইখোং মকা লাম্না চাকশঙদা চঙলকপদা উরে, অন্নপূর্ণা লুংগুক-লুংজাননা কমহুনা লৈরম্মী অমম্ভং মনাক্তা কমহুনা কদয়া মখুং-মশা হাইহুনা য়া য়াম্না ঙাংলম্মী। বিন্দু চংলকপা উবমক্তদা মহাক্না শককম খঙহন হঞ্জিন্দুনা “হৈমা, লাক্লেমি,—” হায়হুনা য়া ঙাংবা লোইশিনগ্রে।

বিন্দুনা খঙলে, মহাকী মরমদমক য়া ঙাংলম্লিবনি, মমাংদা চংশিল্লগা হায়রকই, “হৈমা হায়বদি করিনো, মখা তানা হায়খোদনা?”

কীজবনা কদমগী চরম প্রক প্রক কংগ্রে; মহাক্না ত্রিল য়োংখরগা হায়রকই, “নত্তে আজ্ঞা-বেম্মা, অ-অ-অসিনিমা — ইমাহলনা তাকপিরিবা— অস্থম্মা লৌবিয়ুদনা কবিগীনো—”

বিন্দুনা খোঞ্জেল কম্থা-করুমনা হায়রকই, “লৌরে— নঙ নখৌ তৌরুচো চংলো।”

কদম রা মখা তারমদনা হৌগংভুনা নাম্হোকখ্রে।

মতম অদুদা বিন্দুনা অন্নপূর্ণাদা হায়রকই, "য়ুম্বুরেনবী অহলগী পাউতাক পীবা মীশকশিংসি ফংগ্রেদা! অজ্ঞা-হলদা হায়নহুনা মখোয়গী থাগী তলব হেনগংহনবঃ মতিক চাই।"

বিন্দুনা মপুক্কিং হয়াওরবদি অন্নপূর্ণাদা ইচে কৌই, শাউরবদি য়ুম্বুরেনবী অহল হায়না কেই।

অন্নপূর্ণানা মৈ হৌরক্লুনা হায়রকই, "ফায়রুম্মো চংলোদনা—অজ্ঞা-হলবু ঐগী ইচক ককথংহন্নবা। অদুগা আজ্ঞা-হলস্থ চপ চাবা মীশক্কি।" মহাক্না খুদক্তা হৌরকই, "করিনো ইবেম্মা, অচুম্বা রারা ইবেম্মা! অচাউরম কাবা কয়া কয়া উরক্লে মৌ-অতোম্বী, অদুবু নঙগুম্বীদি থক উজরক্ত্রি। লাইবক কয়া ফনবু পোক্লকপননো সনা-ইবেম্মা, ইমুং হুপ্না থক থক নিক্না কীনবগুম্মী!"

বিন্দু রারোই হায়বদি য়াই, অদুবু অন্নপূর্ণাগী রাঙাংগী কায়দাহুদা মহাক নোকখোরক্লে। হায়রকই, "কদায়, নহাক্তি কীরিরোইনে!"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "কীদবা অমুক! নহাক্কী রণচণ্ডীগী মূর্ত্তি উবদা ঐগী থম্মোয়গী ঈ 'পুম্বা ছম্না ঈশিং ওনক্রে, মহু হৌজিক ফাওবা পুক্তা চুংহনা লৈরি! অদুবু অহুক হাক্লা শাউগনবদি ফক্তে ইনাও! হৌজিকপু নহাক অঙাং ওইরিত্রা? নচা পোক্লম্বা থোক্লবদি অঙাং মরি-মঙাগী মমা ওইরগদবনি। অদুগা নঙোন্দা দোষ তৌক্লহনা করিবু কাম্নগনি, হগুবা মানা হেজিন্না লুনা তৌবা অহুদা নহাক্কী চোয়হল্লবনি।"

বিন্দুনা হায়রকই, "লাইবক কবা ওইনা পোক্লকই হায়বা ইচে,-নহাক্কী য়াকম অহু য়ানিংই ; লন-থুম, চানবিব-সুংশিবিবা অয়াম্বনস্থ ফংনরিবনি, মতুদি খোইদোকপা য়াকম নত্তে, অহুবু অসিগুম্বা লাইগী মশক ওইরবা ইতৈ-ইবুংঙো ফংজবদি মপোক কয়া কয়াদা তৌজরকপা তপস্যাগী ফল লৈবা তাবনি। ঐগী লাইবক্তা তম্লকশনি ইচে, নহাক্না কল্লক্তুনা কয়ি তৌগদগে? অহুবু লুনা তৌবিবদা মহাক্তদি মাথা চোয়হনবিদে, লুনা তৌবিবদা করিগুম্বা মাথা চোয়হনগদবা কনাগুম্বা মীশক লৈরম্বা খোক্লবদি মহু নহাক্কি।"

অন্নপূর্ণানা মথুং হাইহুনা হায়রকই, "ঐনা? য়াকম অহু কনানা অথুক হায়নবগী দরকার ওইদে। ঐগী শাসন য়াম্না কনবা শাসন্নি— অহুবু করম তৌরুনি, ঐগী লাইবক থিবননি, ঐবু কনানস্থ কৌবিদে— মীনাই-মীশল কাওবনা ইমাংদা লেপতুনা চিনথক্তা অরং-অরংননা থুমহুনা থংনরৈ, মখোয়না মপুগুম্বী, অহুগা ঐনা মীনাই-মীশলগুম্বী! ঐ মহু থাংহুনা লৈরিবনি, অতোপ্পা কনাগুম্বা ওইরম্লবদি—"

মহাক্কী থক-থা ওন্নবা য়া অসিদা বিন্দুবাসিনী থিক থিক নোকখোরক্লে। হায়রকই, "নহাক্কি সত্যযুগকী মীনি। করিগীনো শিননবা মতম অসিদা পোক্লরিবা? কদায়, ঐহোন্দদি অমত্তা থংনরদেনা।"

অসি হায়রগা মহাক্না মনাক নক্না চংশিল্লগা থুকউ লৈতারা

কমথরগা মথুং অনিবা অন্নপূর্ণাবু ঙকলমদা চেজেং কোন্দুনা হায়রকই. "রারী অমত্তা লিয়ুদনা ইচে !"

অন্নপূর্ণানা শাউনা হায়রকই, "চংপ্রো, হন্দোকপ্রো-চো।"

কদম্বা চেনশিন্নরুগা হায়ররুই, "আজ্ঞা-বেম্মা, অমুল্যনো কাম্বপা মথুং শোন্জুনা কপ্লহৌরে।"

বিন্দুনা কোল্লিবহ্ থাদোক্লুনা মুক যৌগংকলগা হায়রকই, "কাজপ কদারনগী থেংনকরিবনো ? নখোয় কৈদৌহ্না লৈবগে ?"

"থ্রৈ অসোমগী কাদা কম শেমহ্না লৈরুই আজ্ঞা-কেম্মা, খঙজহৌদ্রে করম্বা কালদা ইমাহলগী কাদা চংলগা—"

"করে তানিংদ্রে— তানিংদ্রে— চংপ্রোচো," হায়রম্লগা বিন্দু কা অন্নুনগী খোকথ্রে।

তাইহাক লৈরগা বিন্দু অমুল্যগী খুদোম্বী মতোলরাইদা অচোংগা ফিজেং মেংলগা পমহ্না চংলকই।

মহাক্না হায়রকই, "করে ইচে, কয়ারক হন্না হায়জপ্রবনি নঙোন্দা, অহাং লৈবা ইমুংদদি কাজপ-নুংজপ থরা চেকশিন্না থম্বিয়ু— মহ্—"

অন্নপূর্ণানা অমুক হেন্না শাউরক্লুনা হায়রকই "নঙনা হায়রিবহ্ করি য়ানো ইনাও, ঐবু কোক য়াউদবা ! করম কালদনো নঙগী নচামুপা ঐগী কাদা চংলরুগা মথুং শোকহল্লগনি হায়রহ্না কাজপ কাওবা উপূদা থম্নগদ্রা ?"

বিন্দুনা হায়রকই, "নত্তে, হয়েংদগী মাবু থৌরিনা পুনশিন্দুনা থম্নগনি, মহু ওইরবদি অমুক চংলুররোই।"

অসি হায়রগা মথাক থোকপ্রে।

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "তারেদনা কদম, ঝাগী অকন-অরিং শিংবা রাশিংসে! কাজপপু মীনা উপূদা থম্নত্রদো।"

কদম্না রা অমা ঙাংগদবগী মম্না কারগা অহুম তুম্মিন্না লৈল্প্রে।

বিন্দুনা শং হজিল্লক্লগা হায়রকই, "করিগুম্বা নহাক্না অমুক হন্না মীনাই-মীশলবু ঐখোয়গী ইরক্তা পুশিল্লক্লবদি শেংনা হায়রিবসিনি, ইচা পুহুনা ঐ ইপামদা চংখিগনি।"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "চংনিংলগা চংচখো। অহুবু নকোক শুহুনা শিবা তারবস্ন নত্তবু অমুক কৌরুনবগী রাদি পনবা কাওবা পল্লোই। রাকম অসি কাউগনু।"

"ঐ হল্লকপস্ন পামজদ্রে;" হায়রম্নগা বিন্দু মাইথোং মকশিন্না চংপ্রে।

পুং অনিরোমগী মতুংদা অন্নপূর্ণা থোংথাং কম্না থাংলহুনা মৌ-অতোম্বীগী কাদা চংলকই।

কাহুগী মচি অমদা টেবিল মচা অমদা মাধবচন্দ্র কেশক চে-চাং য়েংহুনা লৈরম্মী অমম্ভং বিন্দুনা অমূল্যগা লোয়নন্না কমুংদা হিপতুনা তপ্না তপ্না রারী লিরম্মী।

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, “চাক চারুরসি লাকও ;”

বিন্দুনা হায়রকই, “ঐ চাক চানিংদে।”

অমূল্যনা হাথু হাথু মন্দোমচাগী মঙকশমদা কোন্দুনা হায়রকই, “ইমাতোন চাক চারোই, নশাক চংঙ্গ্রো।”

অন্নপূর্ণানা ধমকা তৌহনা হায়রকই, “নঙ তুম্মিন লৈয়ু। অঙাং অসিবু মখৈ ফংনা মাংননবা শিল্লে। অকেবা অঙাং ওইহল্লেদনা ইনাও! মমেদা খঙজরক্কনি। মতম অমদা খঙলক্কনি অদুগা হায়রক্কনি, হোয়, ইচেনা হায়বিখি হায়বা তাই।”

বিন্দুনা মুকুম মুকুম শোন্দুনা অ মুল্লাদা ইনশিল্লে, অমুলানা লাউনা হায়রকই, “নশাক চংগ্রো ইচে— ইমাতোন ফুঙ্গা রারী লিরি।”

অন্নপূর্ণানা ধমকা তৌহনা হায়বকই, “ফজবা পাম্রবদি হোৌগংতুনা লাকও, ইনাও! মহু নক্রবদি হয়েং নখোয়বু তাঙ্গোকপা শুমস্রবদি ঐগী ইমিং অন্নপূর্ণা নক্রে।”

অসি হায়রগা মহাক হাম্নগুম্না মখোঙ থাংহনা মপালদা খোকঙ্গে।

মাধবনা হায়রকই, “ঙসি অমুক নখোয় করি তৌনরবগে ?”

বিন্দুনা হায়রকই, “ইচেনবু শাউরবদি মসি মঙাই। ঙসি ঐগী ইরাল হায়ববু অঙাং নৈবা ইমুংদা ক্বাজপ-মুংজপ থর:

চেকশিন্না থম্মু হায়খি—মহুনলি অমুক হাক্না য়ারৌ-পুক্লৌরিবা।"

মাধবনা হায়রকই, "অমুক ইরাং তৌরগনু, চৎলো।"

বিন্দু তুম্মিন্না লৈ।

"ইতৈমানা লাকপা খোঙথাং অহুম্না দাদাম্মু য়ৌরক্লগনি।"

বিন্দু অমূল্যবু পমহুনা নোক্নুনা চাকশঙদা চৎখ্রে।

## অষ্টম

মমা অমগী মচা অনিনা মমাগী মতেং লৌহুনা চাউরকপা মতৌ অহুম্না অ.ঙা ঙাংবা মচানুপানা মতেং ওইহুনা মমা অনি অমুক চহি তরুক লেনখ্রে।

অমূল্য হৌজিক চাউরক্লে, মহাক এন্ট্রান্স স্কুলদা অনিশুবা শ্রেনীদা তম্লি। য়ুমদা মাস্টর থম্মী, মহাক্না অমুক্তা লাইরিক তম্বিরম্লগা চৎখ্রবা মতুংদা অমূল্য শান্নবা থোকখি। ঙসি নোংমাইজিংনি, স্কুল কারোই।

অন্নপূর্ণানা কা মনুংদা চংলক্লগা হায়রকই, "ইনাও, করি তৌসিগে হায়রুদনা?"

বিন্দুনা মহাক্কী কাগী নৈমায় থক্তা আলমিরাদা য়াউবা পুম্নমক লৌথোক্লুনা থম্লগা অমূল্যগী মফি-মরোল লোইশিল্লি

মহাক মথুড়াগা লোয়ননা অচৌবা ইমুং অমদা নিমন্ত্রণ কংহনা চংলুগদৌরিবনি।

বিন্দুনা মমাই নোনখংতনা হায়রকই, "করিগীনো ইচে?"

মহাক্কী মিংয়েং-নায়েংহ্ খরমথৈ ফজদে।

অন্নপূর্ণা মখল মখলগী ফিজোলশিং উবদা ঙক্কুনা য়েংলি, অদুনা মহাক্কী মাইথোংগী ফিভমহ্ হন্না য়েংলুদবনি; ঙাইহাক তুম্মিন্না য়েংহনা লৈরগা হংলকই, "পুন্নমক অসিবু অমুল্যাগী মক্ষি-মরোল ঙাক্কবা?"

বিন্দুনা হায়রকই, "হোয়।"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "শেল কয়াদা য়াম্না নঙনা অরেম্বদা খরচ তৌথোক্লিবা! মসিগী অমত্তংগী মমলনা লাইরবা ইমুংগী অঙাংগী মক্ষি-মরোল চহি চুপ্পগী লৈবা কোয়গনি।"

বিন্দু শাউনিংলক্লে, অদুবু অচম্বা খোম্থোক্তা হায়রকই, "হোয় কোয়গনি। অদুবু লাইরবগা ঈনাক-খুনবগা খেন্নবা খরমথৈ লৈ; মদুগীদমক য়াক্কুহনা করি কায়গনি ইচে।"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "ঈনাক-খুনবম্নু ওইসন্নু, অদুবু নঙদি থবক খুদিংমক্তা খয়া অচাউরম কাই ইবেম্মা।"

বিন্দুনা মমাই মোনখংলক্লগা হায়রকই, "করি হায়বিগে লাক্লিবনো, মদুহুম হায়রোদনা ইচে, হৌজিক ঐগী মতম লৈরে।"

"নহাক্কী মতম্দুদি কৈদৌঙৈ অমুক শংখিবা লৈগ্রবগে ইনাও"!

অদি, হায়রম্লগা মহাক শাউহনা চৎখ্রে।

ভৈরবনা অমূল্যবু থিবা চৎখি। মহাক্না পুং অমরোমমী মতুংদা থিহনা পুরক্ল।

বিন্দুনা হংলকই, "কদাবদা লৈকই অমূক কুইবনি ?"

অমূল্য ছুম্মিম্না লৈ।

ভৈরবনা হায়রকই, "অসোমগী লৈকাইদা লৌউবা মচাশিংগা চৈতেক-কোৎপী শান্নহনা লৈরম্মী।"

খুৎশান্না অসি বিন্দুনা য়াম্না কীজৈ, অহনা মহ শান্নবা য়াদে হায়হনা থিংখিবনি ; হায়রকই, "চৈতেক-কোৎপী শান্নবা য়াদে হায়হনা থিংখিদম্রা ?"

অমূল্য কীবনা শংজ্রিক শংগ্রে, হায়রকই, "ঐ লেপত্তুনা অহুম লৈবনি, মহুদা মথোয়না নমহনা ঐবু—"

"নমহনা নহাকপু ? করে, হৌজিক চৎকদবা চৎলুবো, মহুগী মতুংদা খঙগনি।"

অসি হায়রগা মহাক্না মচাবু কিজোল হোৎখিরকই।

খা অনিগী মমাংদা অমূল্য নঙণ থাংখি।

মক কোক্লবা মকোক অহুম্না অরি (অরুবীন) গী টুপি উপ্লু হায়বা শিদৎ তৎনা য়াক্রে।

অহবু বিন্দুন্থ হনগদবা মীশক নক্কে, মহাক্না নমহনা উপাশিনুখিরে।

লু কোক্লবা মকোক্তা টুপি উপ্লিবা অহুদা অমুলা চপ লেপতুনা হিক হিক কল্লক্লে।

মাধবনা কা মন্নুংদা চংলক চংলক্লা হায়রকই, "মাবু মতম কয়া কুইনা অমুক চংখিগদগেনে ?"

থংনবা মিংকুপ্তা অমুল্যবু উক্লবমক্তদা মকাক্লা নোক্লুনা হায়রকই, "বাঃ—মসিদি মথুরাগী কৃষ্ণচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবনিদনা !"

অমুল্যনা ঈকাইহুনা টুপিহু লংথোকখ্রগা কমুদা কাখৎলগা উপ্রাক্লা উপতুনা লৈখ্রে।

বিন্দু শাউরক্লে। হায়রকই, "অঙাংনগা নিংঙাই তৌবনে, অহুগী মথক্তা মখোয়' কাকানা—"

মাধবনা শকক্ষম হঞ্জিন্দুনা হায়রকই, "কপ্লগনু অমুল্য, হৌগংলো, মীনা অঙাওবনি হায়না ঐবু নোক্লখ্রগনি, নঙ লাকও।"

তশেংনা রাকম অসিমক মসিগী মমাংদা নোংমা অমুক থোকপ্রে অমম্থং বিন্দুনা মহুদা ক্ষমথীনা শাউখি। রাকম অহুমক অমুক হম্না পল্লকপসিদা মপা 'পূস্বা' মৈ হৌনা চাক্লক্লুনা মহাক্লা হায়রকই, "ঐনা তৌবা থবক খুদিংমক অঙাওবগী মতৌগুম্না তৌই, নত্রদো ?"

অসি হায়রম্লগা মহাক্লা হৌগৎতুনা চংশিনখ্রগা অমুল্যবু চিংথোক্তুনা পুরক্লগা হুমাই মখোক্লা হম্না হম্না কং কং কল্লগা

মমল ম্যাম্বা মথংগী ফিজোল অহু শং শং চিংথোক্লুবা লৌখোকপা হোংনম্লকই।

মাধবনা মুংশা থীনা থীনা মপালদা থোরক্লগা অন্নপূর্ণাদা পাঙ্ক পীরম্লে, "মকোক্তা ভুত তোংলৌরে ইতৈমা, অমুক্তা চংবিক্লচো।"

অন্নপূর্ণানা কা মনুংদা চংলকপদা উরে, বিন্দুনা ফিজোল পুম্নমক লৌথোক্লগা অচম্বা ফিজেৎ অমা শেংচিনবিরম্লে, অমূল্য কৌবনা কুচু তাইকেৎ তাইনা লেপতুনা লৈ।

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "ফনবু নিংথিজগনি ইনাও, লৌথোক-পিরিবা কব্রিগীনো?"

বিন্দুনা অমূল্যবু থাদোক্লম্লগা থঙহৌদনা মঙক্তা ফিজি য়েংলগা মথুং লোম্নহুনা হায়রকই, "নখোয়গী নখোঙদা ভুজগে যুম্নুরেনবী অহল, নখোয় ময়াম্না হৈ-পা শাবিরবগী মৈচাক্লা অরেম্বদা মা চৈ চাহুনা মথরায় মাংবা তারে।"

অন্নপূর্ণা চেক-মোক লাউদনা চপ লেপতুনা লৈরম্রে।

বিন্দুনা অমূল্যবু চিংহুনা ইমুংগী কাচিন অমদা পুরক্লুনা লেপহল্লগা হায়রকই, "চন্নদবা অঙাংনি নঙ, মহুগী মতিক চাবা দগ্তি কংবা চুম্মী। মুখিং চুপ্পা থোঙ লোনবা কাদা লৈয়ু। ইচে, মপালদা থোরক্লো। ঐ থোঙ লোনশিল্লগে।"

অসি হায়রগা মহাক্লা মপালদা থোরক্লগা পুনা পানশিনরম্রে।

মতম অহূ লুমিং মুংবা মচুং শুং অমা তারে।

অন্নপূর্ণানা অমুক তুশ্মিনা নৈথোকপা চন্নক্রুহনা হায়রকই, "হোয়নে ইনাও, তশেংনা ওসি নওনা অমূল্য চাক শীজরোইনা ?" মচুগীদমক ইমুং হুপ্না চন্না হেনবা তারব্রা ?"

বিন্দুনা অনম কন্না হায়রকই, "মহূ ঐ থওদে।"

অন্নপূর্ণানা থওলে, য়েংনরুহনা অমুক কান্নরোই, হায়রকই, "ঐনা হায়বদি, নচেমগী বাসি চাকউ। ওসিদি মাবু চাকপিরো। অহূদা নত্তনা অঙৌং-অও কাহনা নারকপা থোক্লবদি নওদনা বাজগদৌরিবনি।"

মতম থেংজিল্লকপা উবদা বিন্দু মশামক ঙাংথজবক্লবনি, কদম্বু কৌহনা হায়রকই. "চংলো মাবু লৌক্লচো। অহূবু নখোয়দম্ বু হায়জহৌরিবসিনি ইচে, মচুংদদি ঐগী বাদা বাপাং-লক্লরদি অকবা ওইরোই!"

ইন্নাং অহূ মতাং অসিদা লুমিং অহূগী ওইনা লেপশ্রে।

মনাওগুপানা উকিল ওইহনা শেল থোক্লবা মতুংদগী যাদব থবক থাদোক্লনা মখোয় মশাগী লৌ-শীং য়েংশিল্লক্লি। মৌ অত্তোম্বীগীদমক্তা তম্বিরকপা লুপা লিশিং তরা অহূ শেন্দোয় কায়ক্লনা শরুক জনি ওইশ্রে। শেলকম অহূনগী লুপা থন্না অমম্বুং মাথবনা তান্নকপগী মতুং চুন্না হৌথিরা চহিদগী চাউরাক্লা পবা

অমরোম লাপ্লা লম্বীদা অচৌবা বিল্ডিং অমা শাবা হৌখি। মহু শাবা লোইখিবা মুমিং ওরানি ্শুরে। দুর্গা পূজাগী মতুংদা অকবা নুমিং অমা য়েংলগা মখোয় পুম্নমক হোংজিনসি হায়না লেপ্লখি। অহুনা নোংমা যাদবনা চাবা কম্লবদা মৌ অতোপ্পীদা অতম্লনা হায়রকই, “নহাক্কী মুমহু শাবা লোইরে ইবেম্মা, তৌজিক নোংমা চৎলগা য়েংথোকউচো, অহুগা অরাংপা অমা লৈ-লাক্লিব্রা!”

বিন্দুগী হৈনবী অমা লৈ, মহাক্না থবক লিশিং হন্দোক্লমহুনস্নু মতৈ-ইবুংঙোনা চাক চাবা মতমদা খোঙজিন মক্লমদা কমহুনা হেক হেক লৈ। মতৈ-ইবুংঙোবু মহাক্না ঈশ্বরমক্কী মতৌগুম ভক্তি তৌই— ময়াম্লস্নু তৌনরিবনি। হায়রকই, “করিস্নু অমুক অরাংপা লৈত্রে।”

যাদবনা হায়রকই, “য়েংলুদনা রায় হেক্কা পীরবোইরে ইবেম্মা! করে, রাম্মা নুংঙাইরে। অহুদি ওইরগা, রাকম অমগস্নু লৈরি। ঐনা পাম্বদি ঐখোয়গী মরি-মতা লম অতোপ অতোপ্পদা লৈরিবা মখোয় পুম্নমকস্নু পুল্লগা অকবা নুমিং অমা য়েংলগা শঙ্গাবা পাম্মী, গৃহদেবতাগী পূজা তৌনিংই, করি হায়বগে নুপীমচা?”

বিন্দুনা তপ্না তপ্না হায়রকই, “ইচেদা হংখিগে, মহাক্না অপাম্বহু তৌবা ডাই।”

যাদবনা হায়রকই, “মহু হায়নরো। অহুবু নঙদি ঐগী সংসারগী লক্ষ্মীনি, ইবেম্মা! নঙগী অপাম্বদনা অহুম য়াববনি।”

অন্নপূর্ণা থোইনা লাপ্তনা ফম্মি, নোঙ্গু না হায়রকই, "অদুম ওইনমক নথোয়গী ইবেম্মা লক্ষ্মীদু করিগুম্বা থজিক্তং মপুক ঈংলম্লবদি ফগদবনি।"

যাদবনা হায়রকই, "মপুক্কিং ঈংবা হায়রিবনা অমুক করিনো মৌ-অহল? ঐখোয়গী ইবেম্মদি জগদ্ধাত্রি নি! বরম্ভ পীখি, দরকার ওইরবদি থাংপাকম্ভু পাম্বি। মহুমক্কি ঐনা পাম্লিবস্ভু। সুপীমচাবু পুরকপদগী হোৌনা অস্তুপশিংদা কাওবা অরা-অনা লৈরে।"

অন্নপূর্ণামা হায়রকই, "হায়রিবদু অচুম্বা বাফম্মি। মা লাক্লিংৈগী মমাংগী সুমিংশিংদু হোৌজিক লিংশিংলুবনদা অকীবা পোকই।"

বিন্দুনা ঈকাইরদুনা রাফম অদু নমশিনখিননবা হায়রকই, "আজ্ঞাহল্লা লোইনমক কৌবিরকউ। ঐখোয়গী অদোমগী যুমদু য়াম্না চাউই, কনাম্ভু খুদোংচাদবা অমত্তা লৈরোই। মখোয়নবু পায়বদি থা মঙা-তরুক লৈরবা ফাওবা য়াগনি।"

যাদবনা হায়রকই, "মহুম্না তৌবা তাৰে ইবেম্মা, হয়েংমক ঐ মখোয়বু কৌননবা শিনগ্রগনি।"

# মরি

মখোয়গী মনেমা পোকপী মচলনুপী এলোকেশীগী কিভম ফত্তে। মরম অহুনা যাদবনা মঙোন্দা তত্তনা শেলগী তেংবাং পীবি।

নুমিং থরনিগী মমাংদগী মহাক্কী মচানুপা নরেনবু মফম অসিদা থমহুনা লাইব্রিক ভমহন্নবগী অপাঙ্গা কোংদোক্নুনা যাদবনা চিঠি ইগ্রবনি, মতম অসিদা মহাক্কা মচানুপা পুহুনা অরাংগী থুলফগী থুংলরে।

মহাক্কী মপুরোইবা প্রিয়নাথ মফমহুদা করি তৌরিবগে হায়বা অহ্ তাংদাংবা কনানসু হায়বা ভমদে, নুমিং নিনিগী মতুংদা মহাকসু য়োরক্লে।

নরেনগী মশাগী চহি তরাতরুক-তরাতরেং শুরে। মহাক মপাল পাক্কা চনবা কৈজোম কোইশিন্দুনা শেংলি অমসুং অযুক ফুংথিলদা মাপল-তরারক মশম হাংলি। মহাক্কী মশম থায়রা অহ্ তশেংনমক য়েংনিংঙাই মশক ওই।

ভসি সক্ক্যা মতুংদা চাকশঙগী মাঙ্গোলদা অয়াম পুন্না ফশিন্নরি অমসুং এলোকেশীনা মহাক্কী মচানুপাগী চাংদম্নিংঙাই শক অমদি গুণগী মশক তাক্লি।

বিন্দুনা হংলকই, "নরেন করি ক্লাসতা তম্লিবগে নঙবু ?"

নরেন্না হায়রকই, "ফোর্থ ক্লাস। রোয়েল রিডর, গ্রামার, জিওগ্রাফি, এরিথমেটিক, অতৈ কয়া কয়া ডেসিমেল টেসিমেল— পুম্নমক অহু নহাক্না খঙলয়োই ইনেতোন।"

এলোকেশীনা য়াম্না চাউথোকচনা মচানুপাগী মাইথোংদা অমুক্তং য়েংলগা বিন্দুদা হায়রকই, "মহুবু লাইরিক অম-অনিদরনে, মো-অতোপ্পী ? লাইরিক্না চীংমুক ৱাংই ; হয়েং লাইরিক হাপ্পা উপু অহুদগী লৌথোক্লগা ময়াম অহু নঙগী ননেখোয়দা য়েংহল্লুকো মুপামচা।"

নরেন্না মঙক নোমহুনা হায়রকই, "হোয়, য়েংহনগে।"

বিন্দুনা হায়রকই, "পাশ তৌগদবা হৌজিকস্থু ৱাংলিমাল্লে।"

এলোকেশীনা হায়রকই, "করিগী ৱাংকদগে, নহালনা পাশ তৌরম্নগদবনি। অস্নুক কুইবসি অমত্তা নত্তে, মরিহুম পাশ তৌরম্নগদবনি। শুপ্পগী ঈকাই-নাইদবা মাস্টরহুগী হাক্তুগী তৌদ্রিবনি। মাদা মাং-তাক্লসনু, ঐগী অঙাংবু মহাক্না নুংশি হৈহত্তবা মীংয়েংনা য়েংই, মহুগী মরম মাদনা খঙলিগনি। মাবু ক্লাস কাখংহনত্রনে ? কাখংহন্দে। য়েংথিহুনা চহি খুদিংগী ক্লাস অমত্তদা নমশিন্দুনা থম্লক্লিবনি।"

বিন্দুনা ঙক্তুনা হায়রকই,"কদায়, অহুম্নদি তৌকম থোক্কেনা।"

এলোকেশীনা হায়রকই, "মাগী মনিংনি, করি অমুক ঙইনি !

ওজা পুস্নমক চপ মান্নবা শেল চাই; ঐদি লাইব্রবীনি, মখোয়দা কংলুনবা শেল কদায়দগী ফঙ্গদগে হায়য়ুদনা?"

বিন্দু ভুম্মিন্না লৈ।

অন্নপূর্ণানা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইত্রবুনা হায়রকই, "মতৌ অবুম্না করিগুম্বদা মীওইববু ওংনত্রবনে? মবুবু অফবা থবক্না? অবুবু ঐখোয়গী অসিদদি অবুগুম্ববু লৈতে। ঐখোয়গী অমূল্যদি চহি থুদি'গী অক-অফবা লাইব্রিক প্রাইজ ফংলকই, অবুবু কৈদৌঙৈদস্লু শেঙ্গা-থুমজা পীক্লবা লৈতে।"

মতমসিদা অমূল্য কদায়দগীনো লাক্লুনা তপ্না তপ্না চংশিল্লক্লগা মাগী মমাতোনগী তম্পাক্তা ফম্লবে। ফম্লবগা মমাতোনগী ওকশম কোন্দুনা ভুম্মিন ভুম্মিন হায়রকই, "হয়েংদি নোংমাইজিংনি ইমাতোন, ঙসিদি ওজাদা চংক্ৰো হায়য়ুম্নি।"

বিন্দুনা নোক্লুনা হায়রকই, "অঙাং অসি উবিরেদনা বারীদবু তাংবদি হৌগংলু হায়বা অমুক য়াররোইদবনি—কদম ওজা-ইবুংঙোদা চংক্ৰো হায়রুচো, অমূল্য ঙসি লাইব্রিক অমুক তম্লরোই।"

নরেন্না ঙক্লুনা হায়রকই, "তৌরিববু করিনো অমূল্য, অবুক চাউরগা হৌজিক ফাওবা নুপী-নহাগী তম্পাক্তা ফম্লিবা!"

বিন্দুনা নোক্লুনা হায়রকই, "মসিদা ওইরবোই নিংত্ৰা? হৌজিক ফাওবা অহিংদা—"

অমুল্যনা পাখংলহনা মমাগী মচিন্দা মখুংনা মেল্লগা হায়রকই, "হায়দোকহু ইমাতোন, হায়দোকহু।"

বিন্দুনা হায়দোক্রে, অদুব অন্নপূর্ণানা হায়দোরক্লে! হায়রকই, "হৌজিক কাওবা অহিংদা মমাতোনগী মনাক্তা তুম্মী।"

বিন্দুনা হায়রকই, "গুপ্লগী তুম্বদরা ইচে, হৌজিকহু অহিং চুপ্পা শেকপীগী মতৌগুম চেজেং কোন্দুনা তুম্মী।"

অমুলা ঈকাইরহনা মাগী মমাতোনগী মথাদা মমাই লোংতুনা লৈরে।

নরেন্না হায়রকই, "অচ্চা মহুবু করিনো! নঙ ইংরজী তম্বরা?"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "কৈদৌনা তমদনি। স্কুলদা মাদি ইংরাজি তম্লিবনি।"

নরেন্না হায়রকই, "ইস, ইংরাজী তম্বা! কদায় ইঞ্জিন বানান তৌদনা য়েংসি? মহু অমুক ঙম্লরোইদবনি।"

এলোকেশীনা হায়রকই, "অদুগুম্বা অরু-অরুবা রাশিংহবু মাগুম্বা অঙাংনা ঙমগদ্রা?"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "কদায় অমুল্য, বানান তৌরোদনা।"

অমূল্য অদুম ওইরমক করিগুম্বা মঙাংদসু মমাই নোনথংলক্তে।

বিন্দুনা মাগী মকোক্তু অমুক্তং চেজেং কোনশিনবিরগা হায়রকই, "নখোয় ময়াম চংহনা মঙোন্দা ঈকাইবা পীরগবু মা কমদৌনা অমুক বানান তৌথিগদগে?"

অদুগী মতুংদা এলোকেশীবোমদা ওমশিন্দুনা মহাক্না হায়রকই, "ঐগী ইচাদি লাক্লিবা চহিসিদা পাপ তৌরগনি। ঐখোয়গী ওজা-ইবুংঙোনা মহাক লুপা কুন ব্লক্তি কঙ্গনি হায়। মানা শেলকম অদুনা মাগী কাকাগী মতৌগুম শগোল জোড়া অমা লৈগনি হায়রি।"

রাকম অদু কনা অচুম্বা ওইববসু ফাগী ওইনা লৌদুনা মখাম ছোদুনা নোক্লকই।

এলোকেশীনা বিন্দুদা অতমুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী নরেন্দ্রনাথপু শুপ্নগী লাইরিক-লাইশুমদা ফত্রনে, মা অদুকী মতিক থিয়েটরদা অভিনয় তৌবা হৈ মদুদি, মদু উবদা পী থিংবা কনাসু ঙম্বা নত্তে। সীতা শাদুনা মতৌ কমদৌনা রা ঙাংবগে হায়বদু নরেখোয়দা অমুক্তা তম্মুদনা ইবুংঙো!"

নরেনা খুদক্তা খুকউ লৈতানা কম্লগা মথুং লোম্নদুনা খোজেল হৌনা পীরাং থাংবা খোম্তোক্তা স্নুর পান্দুনা হৌরকই, "থম্মোয়গী মবুংঙো! করম্বা ফত্তবা পুংকমদা নহাকপু—"

বিন্দু ফিঙ্গংলক্লে, "হাই তোকও তোকও, তুম্মিন লৈরো, আজ্জাহল মথক্তা লৈ।"

নরেন চঙক্লদুনা তুম্মিন্না লৈক্লে।

অন্নপূর্ণাদি মরুখক্তং তাবদুদা শুমহংগ্রবনি, হায়রকই, "তারগা কৈদৌবগে লাই-তীনগী রাবু, মসিদি অঙ্কবা রানিদনা ইমাও।"

বিন্দুনা ম্বাল্লোইনা হায়রকই, “অহ্ ওইরবদি নহাক তাঙহৌরো লাই-তীনগী ৱা, ঐদি হৌগংচগ্রগে।”

নরেন্না হায়রকই, “করে, অহুদি তোক্লসি, ঐ সাবিত্রীগী পার্ট উংলগে।”

বিন্দুনা হায়রকই, “নত্তে।”

খোঙ্গেল অসি তাবদা হৌজিক্তা অন্নপূর্ণানা ভাব তাররক্লে মতুদি, থৌদোক অহ্ য়াম্না চংশিনপ্লে অমস্নুং মতাং অসিদা অস্নুম লোইশিনবা য়াররোই।

এলোকেশীদি মীনৌনি, মফাক্তি মনুংগী ৱা খঙলমদে, হায়রকই, “করে হৌজিক্তি তোক্লসি। নুপা-নহাশিং চংথোকপ্রগা মাবু নোংমা নুংথিলদা তৌহনবা হায়বহুনি। ঈশৈ-নোংমাইদা মাবু থোইনা হৈক্তত্রনে? দময়ন্তীগী কপ্পা কপ্পা শকপা ঈশৈহ্ অমুক্তা শকউদনা ইবুংঙো, নঙগী ননেখোয়না তারবদি লেম্না অমুক থাগদবা নত্তে।”

নরেন্না হায়রকই, “হৌজিকমক শকউরা?”

শাউবনা বিন্দুগী মপা ’পুন্না মৈ হৌরক্লে, মহাক ৱা ঙাংখিদ্রে।

অন্নপূর্ণানা থুনা য়াংনা হায়রকই, “নত্তে নত্তে, ঈশৈ-নোংমাইগী হৌজিক দরকার লৈতে।”

নরেন্না হায়রকই, “করে, ঈশৈহ্ অমূল্যদা তম্বিগে। পুং মৈরম্নু হৈ। অরুবা পুংলোন কয়া লৈ ইনেতোন, করে,

অসিদগী শেঙেংগী কোল অসি খরা লাপ্পিরকউ, ঐ য়ৈহুনা তাহনগে।"

বিন্দুনা অমূল্যদা হৌগংনবা ইঙ্গিত তৌরগা হায়রকই, "চংলো অমূল্য, ইমুংদা লাইরিক ঐরাইরুচো।"

অমূল্যনা ঙক্না রা তারম্রিবনি, মহাক হৌগংনিংদে, তুম্মিন তুম্মিন হায়রকই, "ঙাইহাক্না ক্ষমখিসিবা ইমাতোন।"

বিন্দুনা করিগুম্না রা অমত্তা ঙাংদনা মহাকপু হৌগংপিরে, অহুগা লোয়নহুনা ইমুংদা চংমিন্নখ্রে।

খণ্ডহৌদনা মহাক মত্তৌ অপ্পুম্না ফুক হৌগংতুনা চংথ্রিরা করিগীনো হায়বা অন্নপূর্ণানা খণ্ডই অমম্লং তুংদা সঙ্গ কত্তবদগী অমূল্য লম হেল্লকত্রা চিংনবা অসিনা মরম ওইহুনা নরেনবু মকম অসিদা থমহুনা লাইরিক-লাইশু তমহনবা কাওবা মহাক্না য়ানিংলোই হায়বা মুন্না ভাব তারহুনা মহাক মথরায় ব্রায়ক্লে।

মহাক্না হায়রকই, "ইবুংঙো নরেন, নহাক্কী ননেতোনগী মমাংদা লীলা-পালাগী মঙং অহু অমুক হন্না উৎলুরগন্নু। মাদি য়াম্না শাউগনবা মীনি, মহুগুম্বহু মহাক কয়া পামদবনি।"

এলোকেশীনা ঙক্কুনা হংলকই, "মৌ-অতোম্বীনা মহুগুম্বহু পামদবোইরে! অহুনা মত্তৌ অহুম্না হৌগংতুনা চংখিবা ওইরম্বা তাই।"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "ওইরম্বস্নু য়াই। অহুগা রা অমগা ইবুংঙো, নহাক নশানা জ্ঞান তানা খক্কুনা চাহুনা লাইরিক

তমগদুরনি— নম্মাগী মপুক্কিং রাহন্দনবা, মহু হোংবন্নদুরনি, নহাক অমুল্যগা খোইনা তীন্নকন্দু ইবুংঙো। মাদি অঙাংনি, নুঙোন্দগী য়াম্না হেন্না অঙাং ওইরি।"

বাহু এল্লোকেশীদা নুংঙাইনা থোক্কে। হায়রকই, "মহুবুদি অচুম্বা রাকয়ি, মা লাইরবা মচানি, মাদি লাইরবা ওইনা অচুম লৈজবনা মতিক চাই। অহুম্নদি ওইরগা করিগুম্বা হায়বা তাব্রবদি হায়জনিংই, নখোয়গী অমুলানা অঙাং মচা-পীশক্লা অংহুগা ঐগী নরেন্দি হনুরব্রা? থা মঙা-তরুকথক হনবদি হনবা কৌদে। অহুগা মাবু ঈনাক-খুনবা মগা-মণ্ড মমিংতা উরক্লিব্রা, সিদা লাক্লগদা উরিব্রা? মখোয়গী থিয়েটরগী কাংবুদা নিংথো-নিংথৌরেনগী মচা-মণ্ড কয়া কয়া য়াউরিবনি!"

অসি তাবদা নুংঙাইজহুনা অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "নত্তে ইচল-ইবেম্মা, রাকয় অহু হায়বা নত্তে, ঐনা হায়রিবদি—"

"অমুক কমদোনা হায়রিগদ্দগে ইনম্মা? ঐখোয়বু অপঙবনি হায়হনা রাকয় অসিদং ফাওবা থুঙবা ঙম্লোইদরা অহুক পঙইথনিন্নে! অহুয়কপু দাদানা হায়রিমাক্লে, নরেনবু মরুমসিদা লৈরন্দ্রলো লাইরিক তমহনগনি, অহুনা লাকপনি, মহু নত্রবদি ঐখোয় চন্না হেন্দুনা শিথি ন্নিদেদবা!"

অন্নপূর্ণানা ঈকাইরহনা হায়রকই, "ঈশ্বরনা থঙলিনি, ইচল-ইবেম্মা, ঐ মহুম্না হায়বা নত্তে, ঐনা হায়রিবদি, য়ম্মাগী থরা-ম্মনা থোক্করবা—"

এরোমবেমীনা হায়রকই, "হুরে, মচুনি, মচুনি। চংলো নরেন, মুপাল্লা কম্মুচোনে, ইনাক-খুনবা মচাগা তীমকনু।"

অসি হায়রগা মচাচুপাবু খোক লাকুনা চিংখৎলগা মহাক মপামকন্থ চংজে।

অন্নপূর্ণানা নোংথাংমূক য়াংনা বিন্দুগী কাদা চংলক্লগা কপ্লিং কপ্লিং তৌনা হায়রকই, "হোয়নে, নহাকথকীদমক্তা মরি-মতা কাওবা চংহল্লরোইদ্রা? কৈদোহনা লাক্লিবনো হায়মুদনা?"

বিন্দুনা খোইদোক্লা অচম্বা খোজেলনা পাউখুম পীরকই, "করিগী চংহন্দনি ইচে, মরি-মতাশিংগা লোয়ননা নহাক পুক্লিং মকা লাম্না মুম পালহোরো, ঐদি ইচানুপা পুহনা চেঞ্জপ্রনি, অসিদনি!"

"কদায়দা চেনগদৌরিবনো হায়মু তাসি?"

বিন্দুনা হায়রকই, "চংকদবা মুমিংতুদা নঙোন্দা ঠিকানা ডাক্লমগনি, রাখিকনু।"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "মহ ঐ খঙই! মমায় মমাংদা মাক্কি ডাংপা চুমহন্দনরা খোঙ্গো ফজহু তৌদনা নহাক খরু তোক্কোইদোব্রিবা? পুন্সি চুপ্পা মৈ অসিগী পুরেদা ইক-ইরাং কেয়মবনি।"

অসি হায়রগা মপালদা খোয়কপদা মাথক ইমুংদা চংলকপা উবদা মহাক অমুক ঢৈ হোরক্লে, হায়রকই, "নঙে ইবুংঙো,

নখোয় কদায়দনো লৈক্নগে হায়রগা লৈক্রো চৎলো, মহু নৱ্রগনা মৌ অসি ভাম্হোকখো, ঐ অমুক লৈস্মিন্নবা ঙমজরোই, মহু ঙসি হায়রম্লিবসিনি!" হায়রম্নগা চৎখ্রে।

মাধবনা চঙক্লুরহ্না মহাকী নুপীদা হংলকই,"কৈদৌনরম্বগে?"

বিন্দুনা হায়রকই, "খঙজদে, য়ুম্বুরেনবী অহলনা হায়রম্বগী মতুং ইমা ঐখোয়বু বিদায় পীবিরো।"

মাধবনা অমুক করিন্নু হায়ত্রে।

টেবিল মথক্তা লৈরিবা খবর অহু লৌরগা মহাক মপালগী কাদা চৎখ্রে।

## মঙা

মচলনুপী ঊবদা অপঙবী মাল্লি, অদুবু মহু অমানবনি। মচা পোক্তবী মৌ-অতোম্বীগী শেল য়াম্না লৈ হায়বা খঙবা মতম অহুমক্তদগী মহাক মাইকৈ অদোমদা লৈশিনখি. অহিং থুদিংগী মপুন্নোইবা প্রিয়নাথকী মকমদা অমুকমুক্তি শোয়দনা ঙাংলকই,"মহাকী হাক্তকীদমক ঐগী পুন্নমক মাংজরবনি। মহাকী নাক্তা কান্নদবদা, লৈখোক্লমদনা মকম অসিদা লৈজরম্নবদি ঙসি ঐহাক নিংথৌগী মমা ওইরম্নগদবনি। ঐগী ইচা মণিবু হন্দোক্লুনা ভুত অমুবগী মতৌঙদা অঙাংহবু মৌ-অতোম্বীনা—"

অসি হায়রগা মহাক্না শাংলবা মুংশা মপী অমা হোন্দোক্লহন্না ভুত অমুবা অহুগী মথল্লায় ভাবনা পাইখোকহনগ্রগা "লাইয়বগী ঈশ্বর নৈ" হায়হনা ব্বা ঙাংবা লোইশিল্লগা ভুন্দিম্না হিপভুনা লৈখি।

প্রিয়নাথম্ভু মপুক্লিংদা মশাগী পঙজবগীদমক্তা অমুতাপ তৌনা তৌনা ভুমথখি।

মতৌ অম্মুম্না মতৈ-মনাও অনি অসি মতম লেনবা হৌরকই অমম্বুং মনাশহুবু মুংশিবা নোঙ্গুকপগী ঈচেল কন্না চেম্বুরকই।

ঙসি মুংখিলদা মহাক্না হায়রকই, "অমংবা নোংগী মতৌঙন্না শমরাম অসি নোংমত্তা পুনবা উদে। ঙসি জমিদারগী ইমুংগী মুপীশিং কোইখোকপা লাকনি, লাকও শমহু পুনশিনসি।"

বিন্দুনা হায়রকই, "নত্তে ইচল-ইবেম্মা, ঐদি কোক খুম্বা বম্না হৈনদে, অঙাং চাউরক্লে— উখিনিয়ে।"

মচল-ইবেম্মনা ঙক্লুনা হায়রকই, "মহুনা অমুক কন্নি ব্বানো মৌ-অতোন্দী? অঙাং চাউরক্লে হায়হুনবু মুপী ওইবীনবু শম পুল্লরোইত্রা? ঐগী নরেন্দ্রনাথনা অমূল্যদগী থা তরুক হল্লিবনি। অহুনি হায়হুনা ঐ শম পুনবা তোক্লগদবা!"

বিন্দুনা হায়রকই, "নহাক্তি কন্নিগী শম পুল্লোইদগে ইচল-ইবেম্মা, তত্তনা উরক্লিবনি, মাশী ব্বাদি তোঙানবনি। অহুবু অমূল্যনা খঙহৌদনা ঙসি ঐগী কোক্তা শম পুনখংশা [উবদা মতৌ-অমা কাহুনা ম্বেংহুনা লৈগনি। লাউ-খোংলকপম্ভু ম্বাই,

নম্নগা করি তৌরগদগে খঙদে—মাই মাই, মহ য়ায়াঙ্গী কাইনিংঙাই য়াফয়ি !"

অন্নপূর্ণা মতম অমুদা মাইকৈ অদোমদা চংলম্মী, বিন্দুগোমদা য়েংলহনা খঙহৌদনা চপ লেপ্লগা হায়রকই, "নঙগী নমিংতা পীরাং থাংলিবদি করি তৌরবগে ইনাও ? সিদা লাও, নশা শাত্রা য়েংসি !"

বিন্দুনা এলোকেশীগী মমাংদা য়াম্না ঊকাইরহনা হায়রকই, "নুমিং খুদিংগীবু ইশা শাই শাদে য়েংগদবা। এবু খোয়ুম কোক্লিবা অঙাংলা, না-য়েকপা কাওবা ইশানা খঙজবা ঙম্মোইদ্রা ?"

অন্নপূর্ণান হায়রকই, "নত্তে, নঙদি হন্নবীনি। ইনাক্তা চংশিন্নকউ, থর ন লা বন থানি, য়াম্না ফত্তবা মতম্নি।"

বিন্দুনা হায়রকই, "তপচং চংলক্লোই। করিস্থ তৌদে হায়রবমক্তদা চংলকউদা হায়।"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "য়েঙোই, ঙাওশিন্নমুনে !"

অসি হায়রগা নুংশিবা মীংয়েংনা য়েংনা য়েংনা মহাক চংখ্রে।

এলোকেশীনা হায়রকই, "মৌ-অকল মীছল নাম্বা রাংপদোনা তৌই, চুমজ্রনে ?"

বিন্দুনা মিংকুপ অমরোম চপ য়ুংনা নৈকরগা হায়রকই, "অহুঙবা মীছল রাংপদি মী পুম্নমক্কী নৈন্নিবনি ইচল-ইবেম্মা !"

এলে'কেশী ভুম্মিল্লা লৈরে।

অন্নপূর্ণানা করিনো অমা পুন্থনা মাইকৈ অদোমদা হল্লকই, বিন্দুনা কৌহুনা হায়রকই, "ইচে, তাখোমি, শম পুলহনগেরা ?"

অন্নপূর্ণা মমাই লৈশিল্লক্কুনা লেপরে।

ডাইহাক ভুম্মিল্লা য়েংহুনা থোদোক পুম্নমক অহু খঙদোক্লগা মহাক্লা এলোকেশীদা হায়রকই, "ঐনা কয়'রক হায়রবনি ইচল, মঙোন্দা রা ডাংবদি নূ'দা ঈশিং চাইবনি। অহুক য়াম্বা শময়াম অহু পুন্দে, অহুক য়াম্বা ফিয়াম অহু শেং-ইন্দে, অহুক য়াম্বা লিক-কোল ময়াম অহু শিদে, অহুক কম্ববা শক অহুদা অমুক্তা হন্না য়েংদে। য়েঙোই, মাগী পুম্নমক সৃষ্টিগী তায়োম্নবা বুদ্ধিনি। মচানুপাহুন্সু মহুমক্কি। নোংমা অংনুলানা করি হায়খিবগে খঙত্রা ইনাও! মানা হায়, 'ফি-রোল পংশেং শেংলগা করি কান্নগদগে ? ইমাঙোনগীসু য়াম্না লৈ, লোইনমক শেং-ইনত্রা ?"

বিন্দুনা চাউথোকচনা মমাই নোনখংহুনা নোক্কুনা হায়রকই, "অহুদি য়েবিয়ু ইচে, মচানুপাবু তরামচাগী মীয়ক তীলহন্নবা শেম্বা তারবদি মমাগী অহুগুম্বা সৃষ্টিগী তায়োম্নবা বুদ্ধি-লৌশিংহু দরকার ওইত্রা ওইদত্রা হায়বা। করিগুম্বা মতম অহু ফাওবা হিংবা থোক্লবদি ইচে, মহু ওইরবদি উবা কংবিগনি, লৈবাক্তী মীনা য়েংনহুনা হায়গনি, মসি অমূল্যগী মমানি।" ডাংনা ডাংনা মাগী মিংলু অনিদা পীগী ঈরা চেল্লক্লে।

অন্নপূর্ণানা মহু উন্নহুনা সুংশিন্নিবগা লোয়মনা হায়রকই, "মহুমক্তননিনে নঙগী মচানুপাগী মরমদা ঐখোয়না কন্নিগুম্বা ন্না অমত্তা হায়ব্রিবা। ঈশ্বরনা নঙগী অপাম্বা থুংহনবিবা ওইসনু। অহবু অঙাং অহ মীথোই-মীহেল্লকনি, তরামচাগী মীরক তীল্লকনি, আশা অহুক হাক্লুদি ঐখোয়না তৌক্লবা ঙমদে।"

বিন্দুনা মকি কিজিনা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "অহবু আশা অহুগী মতেংনা ঐ হিংলিবনি ইচে। ইমাইপেম্মা!"

খঙহৌদনা মহাক্কী মশা 'পুম্না শিম থুংনা মহু চুংখ্রে। মহাক্লা ঈকাইরহুনা নমহুনা নোকশিন্নরগা হায়রকই, "নত্তে ইচে, আশাহুদা কন্নিগুম্বা হুমিংতা চৈথেং ফংলবা খোক্লবদি ঐ ঙাওহুনা চৎখিগনি।"

অন্নপূর্ণা চপ যুংনা লৈখ্রে।

মহাক্লা মনাওমুপীগী মপুক্লিংগী ন্নাহু খঙদে, মহুম্ব নত্তে, অহুবু মহাক্কী আশা অমস্নুং পামজবগী অসিগুম্বা মরেক লান্নবা মমি কন্নিগুম্বা মতমদমু মশাগী থম্মোয়দা অহুক হাক্লা মরেক শেংনা উজবা কংখিব্রি। ঙসিদি মহাক মীকপ থোক্লে। কন্নি মরমগীনো বিন্দুনা অমুলাগী হাকন্দা যক্কগী মতৌগুম মমিং-মনা শিংলিবা, অহুক হাক্লা প্রেতকী মতৌগুম চেকশিল্লিবা। মশাগী মচানুপাগী ম্নাইকনবা থল্লিবী অসিগী মাইথোংদা য়েংহুনা কোংঙমদবা শ্রদ্ধাগী মাধুর্য্যনা মাগী মমা ওইবীগী থম্মোয় থনগৎলক্লে। মহাক্লা ঈথৌরক্লিবা পীরাং লোৎননবগীদমক মমাই লৈথোকখ্রে।

মচলনবুপীনা হায়রকই, "মহু ওইজসনু মৌ-অতোপ্পী, ঙসিদি মহাক্কী—"

বিন্দুনা থুনা য়াংনা য়াময়াইদা থংতুনা হায়রকই, "হোয় ইচল, ঙসিদি ইচেগী মশমহু খরা পুনথংপিয়ু— য়ুম অসিদা হেক লাকপদগী হৌনা শম পুনবা অমুক্তা উরক্রি।"

অসি হায়রম্লগা মহাক মোমোন মোমোন নোক্লা চংখ্রে।

নুমিৎ মঙাজিগী মতুংদা নোংমা অয়ুক্তা য়ুমগী লীরবা নাপিতনা যাদবকী মশম-মনা ককপা লোইহুনা মথক্তগী কুমথরক্রি, অমূল্যনা চংশিল্লক্লুনা মহাক্কী লম্বী থংতুনা হায়রকই, "কৈলাস-দাদা নরেন-দাদাগী শমকক্কী মতৌগুয়া শম ককপিবা হৈগদ্রা?"

নাপিতনা ঙক্লুনা হায়রকই, "মহু করম্বা মও'নোনে ইবুংঙো-বাবু?"

অমূল্যনা মশাগী মকোক্কী মকম কয়াদা তাক্লুনা হায়রকই, "য়েঙোই, মকম অসিদনা সেভেণ্টি ফাইফ পারসেণ্ট, মকম অসিদনা ফোর্টি পারসেণ্ট, মকম অসিদনা টুয়েলভ পারসেণ্ট, অহুগা চুবা অসিদনা পুমকোক কোকপদোনা য়াম্না তেম্না তেম্না। ককপা হৈগনিদনা?"

নাপিতনা নোক্লুনা হায়রকই, "য়েঙোই ইবুংঙো, মহুদি ঐখোয়গী বাবা লাক্লবমু হৈয়োই।"

অমূল্যদা থাদোক্লে, মখোৌনা শংহনা হায়রকই, “অহুক হাক্লা নুবা নত্তেদা কৈলাস-দাদা, মকম অসিদনা সেভেন্টি ফাইভ পারসেন্ট, মকম অসিদনা কোটি পারসেন্ট—”

নাপিতমা নাম্মোকপা য়ানবা উপায় তৌহনা হায়রকই, “অহুবু ঙসি করি মুম্মিংনো ? নখোয়গী ইমাতোনগী হুকুম য়াউত্রবদি ককপা ঙম্মোই ইবুংঙো।”

অমূল্যনা হায়রকই, “করে ঙাইরমখো, ঐ হংলুখিগে।”

অসি হায়রগা খোঙফম অমত্তং থাংদোকলুরগা শং হজিল্লক্লুনা হায়রকই, “করে নঙগী ছাতিন্দু অমুক্তা পীয়ু, অহু নত্রবদি নহাক চেনখিগনি।” হায়রগা মহাক্লা নমহুনা ছাতিন্দু শংলগা হৌহনা চেনখ্রে।

নোংথাংমুক য়াংনা মহাক্লা মমাতোনগী কাদা চংলক্লগা হায়রকই, “ইমাতোন, থুনা অমুক্তা লাকওমি।”

মমাতোন হৌজিক্তা ঈরুমবা লোইহনা আহ্নিক পূজা তৌগদবগী কমথবদা মঙাইরি, ফিংনা হায়রকই “হাই শোক্লকনু, লাই থুকম্নিবনি!”

“কোয়া লাই থুরম্মু ইমাতোন, অমুক্তা মপালদা থোরক্লগা হুকুম তৌরো লাও, অহু নত্রবদি শম ককউ য়াত্রে। মহাক ঙাইহনা লৈরি।”

বিন্দু হাইবেং চঙক্লে, মহাকী মশম ককহন্নবা হোংনবদা মতম পুন্নমক্তা যুন-চৈনরিবনি, ঙসি মহাক্লা করিগীদমক্তা মশানা

ককপা পাপ্লিবনো হায়বা ভাব তাবা ওমদহুনা মহাক মপালদা খোয়কপমক্তদা নাপিতনা হায়রকই, "য়াম্না লুবা য়াকম অমা তাকপিরে ইমা-ঠৌরানী, নরেনবাবুগী মতৌগুম্না সেভেন্টি ফাইভ পারসেন্ট, ফোর্টি পারসেন্ট, টুয়েন্টি পারসেন্ট, টুয়েলভ পারসেন্ট, সিক্স পারসেন্ট, মতৌ অম্মুম্না কক্তদবনি হায়রি, মহু ঐ কয়া হৈররোই।"

অমূল্যানা হায়রকই, "শোয়দনা হৈগনি। ভাইখো লৈরমখো, ঐ নরেন-দাদাবু কৌরুখিগে।"

অসি হায়রগা মহাক চেনখ্রে।

নরেন য়ুমদা লৈরমখ্রে।

ভাইহাক কোইখি খিক্লরবা মতুংদা হল্লক্লগা অমূল্যনা হায়রকই, মহাক লৈরমখ্রে, করে লৈএসনু, ইমাতোন, নহাক্না লেপতুনা থরা তাকপিয়ু— কুপ্না য়েঙ্গদবনি— মকমসিদনা সেভেন্টি ফাইভ পারসেট, সিদনা ফোর্টি পারসেট, সিদনা টুয়েলভ পারসেন্ট, অহুগা সিদনা য়াম্না তেম্না।"

মহাকী তকিং তকিংবা মতৌহু উবদা বিন্দুনা নোক্লুনা হায়রকই, "ঐ হৌজিক লাই থুরুমখ্রিনে!"

"লাই কোম্না থুরুম্মু, নত্রবদি শোকচনি।"

বিন্দু উপায় লৈত্রবনা লেপতুনা লৈবা তারে।

নাপিতনা শম ককপা হৌরকই।

বিন্দুনা মমিং কুপখ্রে।

নাপিতনা ইচম চয়া শম করে।

অমূল্যানা মকোক্তা মথুংবা মারগা হয়াওহনা হায়রকই, "অহুবু ইমা, হয়েংদি য়ুম অসিদা ঐ চংলকপা লুগদৌরি।"

বামোয়া চাক শেন্নগা কেথোক-কৌশিন তৌরি, বিন্দুনা চাকশঙগী মচি অমদা কমহনা তেঙ্গোংভা শঙ্গোম হৈনা হৈনা তারক্লে, অমূল্যনা মাগী কাকাগী শম হাংনবা শমজেং ইমুং থুংনা থিরি।

ভাইহাক লৈরগা অমূল্য কপহুনা চংলক্লগা বিন্দুগী মনঙ্গলদা লুকথহনা কোল্লরে—"করিম্ভু কামত্রে ইমাভোন। পুম্নমক মওং তাহল্লে— হয়েং মাবু ঐনা হাংভোকনি।"

বিন্দু নোক্লিংবা থাংবা অমুক ভমত্রে।

অমূল্যনা মনঙ্গলদা কোনবা থাদোক্লগা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "নহাকপু মিং তাংত্রা? নমিংভু করিমক্তা উত্রত্রা?"

কপ-লাউবা তাহনা অন্নপূর্ণানা চাকশঙ মনুংদা চংলকপদা পুম্নমক ভাব তারহনা হায়রকই, "মহুবু কৈদোই হায়বগে, হয়েং নিংথিনা শেমদোক্লনা ককউ হায়রগা লোইরেদন।।"

অমূল্যনা অমুক হেন্না শাউরক্লনা হায়রকই, "হয়েং কমদোনা সেন্তেন্টি কাইক পারসেন্ট ককপা অমুক য়াথিগদগে? সিদা শম শাংলিবদি কদায়?"

অন্নপূর্ণানা থেমজিল্লদুনা হায়রকই,"সেভেন্টি পারসেন্ট নত্তসনু, ফিফটি পারসেন্ট সিক্সটি পারসেন্টদি য়াগনি।"

"য়ারেম্মি। ফিফটি সিক্সটিনু করি ক্যাসল্লো? নরেন-দাদাদা হংজো, সেভেন্টি পারসেন্টনি হায়রকনি।"

মুমিং অদু অমূল্য নিংথিনা চাক চাথিদ্রে, ইম্বোকুনা চাখায়রল্লগা কৌগংগ্রে।

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "নঙগী নচানুপানা শমকক জাং জাংকা পাম্লক্লিবসি কর্মা কুইরবগে?"

বিন্দু নোক্লম্লে, অদুবু থংনবা মিংকুপমক্তদা শকফম হঞ্জিন্দুনা মুংশা মপী অমা হেংন্দোক্লগা হায়রকই, "ইচে, কম্মিন্দু লৈতবা য়ানি, মহুনা নোংকানি হায়বা য়াই, অদুবু চিংনবনা পুক প্রোক প্রোক চাক্লে— পোং খুদিংমক্কী হৌরকপদা অস্তুম্না তৌই।"

অন্নপূর্ণানা অমুক রা মথা তাকবা ঙমদ্রে।

## তরুক

দুর্গাপূজা অমুক ওইরক্লে।

থংনবা খুঙ্গংগী জমিদারগী য়ুমদা হরাও-কুম্মৈ য়াম্না শিন লাংলি। মুমিং নিনিগী মমাংদগী নরেন মহুদা লুপক্লে।

সপ্তমীগী অহিংদা অমূল্যনা চংলক্লগা হায়রকই, "ইমাজোম, যাত্রাবালী তৌগদৌরি, য়েংবা চংলুগে?"

মমাজোন্না হায়রকই, "তৌগদৌরিব্রনে, তোরোইদা!"

অমূল্যানা হায়রকই, "নরেনদাদানা পুং অছমদগী হৌগনি হায়।"

"হৌজিক্কগী হৌনা অহিং চুপ্পা লিক্লা মরক্তা লৈরুগদৌরিব্রা? মহ য়ারোই। হয়েং অয়ুক ঙন্তা নঙগী কাকাগা চংমিন্নৌ, কমকম মুংঙাইবা কঙ্গনি।"

অমূল্যানা পেহৌ পেহৌ তৌনা হায়রকই, "ঙম্মোই, খিনবিয়ু কাকাদি চংতবস্নু য়াই, অহৃগা খেংনা চংলগস্নু য়াই।"

বিন্দুনা হায়রকই, "পুং অছম-মরিদা য়াত্রা হৌরবদি মীনাইবু খিলহনগনি।"

অহৃগী মতুংদা ঙাইহাক্কি ময়াম পূম্নমক হাইকেং তুমথরম্না য়াই।

মপালগী অচৌবা ঘড়িদা খিংলকপা মখোলদা নিংখিনা তুম্না য়াদ্রবা অমূল্যা মীকপ থোরক্রে, মহাক্না মনা থাঙ্গংতুনা তারকই, অমা—অনি—অহুম—মরি— ফুক তৌগংতুনা কম্লগা মহাক্না বিন্দুনা কন্না থোক থোক নোমহুনা হৌদোক্লগা হায়রকই, "হৌগংলো হৌগংলো ইমাতোন, পুং অছম-মরি তাপ্রে"— মপালগী ঘড়িদা খিংলি — মঙা —তরুক —তরেং—নিপাল— অমূল্যানা কপতুনা হায়রকই, "তরেং-নিপাল তাপ্রে, করম-কালদা চংকদৌরিবনো?

মপালগী ঘড়িদা মতম অহ্ কাওরা লেপ্তুনা খিংলি—মাপল—তরা—তরামাথোই—তরানিথোই ; খিংবা লেপখ্রে।

অমূল্য মশাগী অশোয়বা খঙজরক্লহুনা ঈকাইহুনা, ভুম্মিরা হিপহুনা লৈখ্রে।

কাহুগী অসোম থংবা নাকলগী কমুংদা মাথব ভুন্নি, লাউ-খোংবহুদা মহাকসু মিংকপ থোকখ্রে।

হৌনা নোক্লুনা মহাক্না হায়রকই, "অমূল্য, নঙবু করি তৌরবগেনে ?"

অমূল্য ঈকাইহুনা খুমখিদ্রে।

বিন্দুনা নোক্লুনা হায়রকই, "মানা ঐবু হৌদোকপা মতৌ অহুম্মদি য়ুম-কৈ মৈ চাকপদা কাওবা কনানসু হৌদোক্লুদে।"

অমূলা ভু·খিগ্না লৈ। মতৌহ্ উবদা মহাক্না চানবিরক্লে, মহাক্না হায়রকই, "করে চংলুরো, অহুবু কনাগসু খংন-চৈনবদি তৌরুগনুকো।"

অহুগী মতুংদা ভৈরবপু কৌরগা থাউ·ম পুহুনা থিলহনখ্রে।

খংনবা নুমিংকী অয়ুক পুং তরাদা যাত্রা য়েংলুরগা মপুক্লিং হল্লাওনা অমূল্যনা য়ুমদা হল্লকপদা মহাকী কাকা উবমক্তদা হায়রকই, "কদায়, চংত্রত্রা কাকাদি ?"

বিন্দুনা হংলকই, "কমদোই, নুংঙাইত্রবে ?"

"যাত্রা য়াম্না ফজে. ইমাতোন। কাকা, ঙসি সন্ধ্যাদা অঙকপা

মখলগী জগোয় তৌগদৌরি। কলকাতাদগী মুপী অনি থুংলয়ে, নরেন-দাদাদি মখোয়গী মশক উরে, তশেংনা ইমাতোনগুম্বী— য়াম্না ফজে—মখোয়না জগোয় শাদৌরিবনি, থাবাদম্ব হায়রম্লবনি।

"য়াম্না ফরেনে," হায়রগা মাধবনা হো হো নোক্লকই।

শাউবনা বিন্দুগী মাইথোং শিন-থুংনা ঙাংলক্লে—"মখোয়গী নচল-ইরেম্মগী মণ্ডপ লৈবা মচা-ইপুংঙোগী য়া তাবিয়ু।"

অমূল্যদা হায়রকই, "নঙ অমুক হন্না মফম অতুদা চংপা য়াররোই— ঈকাই-খুঙদবা লমহৈনবা! এগী ইংৌগুম্বনি কনানা হায়বগে, নরেন্নয়া?"

অমূল্যনা কৌথি-কি ক্লম্লনা হায়রকই, "হোয়, মহাক্তি উরক্লবনি।"

"কদায় নরেন্দি? করে লাক্তা লাকথিসনু য়া!"

মাধবনা নোকপা কাৎরগা হায়রকই, "ঙাওরেদনা নঙ! দাদা তাত্রে. অমুক য়া থোক্লক্লনি।"

মরম অতুমক্তনা বিন্দুগী থম্মোয়দা য়াকম অতু ফুমহুনা থমত্রে, অতুবু নুংদা ওমহুনা চাক্লকই।

সন্ধ্যা ওইশিল্লরবদা অমূল্যনা চংলক্লগা অন্নপূর্ণাদা ঙংলরে, "ইনে, পূজা তৌকমদা হগোয় য়েংবা চৎলুগে। য়েংলগা অহুম হেক্তা হল্লকনি।"

অন্নপূর্ণা থবক চিন্না লৈরম্মী, হায়রকই, "নঙগী নমাদা হংলুচো।"

অমূল্যনা অক্লহনা হায়রকই, "নত্তে ইচে, হৌজিক তম্না হল্লকদবনি, নহাক য়ারোবা, সেখি।"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "য়াদে য়াদে, মাদি য়ায়া শাউগনবা মীনি, মতৌন্দা হাল্লনজকুচো।"

অমূল্য কপ্লক্লে, মমাগী কিজি পায়হনা নিঙাই তৌরক্লে— "ইমাত্তোন্দা নহাক থরা হায়বিয়ুশি সে। নরেন-দাদাগা চংমিন্নগদৌরিবানি— থুনা হেক্তা হল্লকনি।"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "নরেনগা লোয়ননা চংমিন্নরবদি—"

অমূল্যনা মাগী বা অহু লোইশিনহন্ননবা মতম কাওবা পীখিদ্রে, হৌহনা মপালদা চেন্থোকখ্রে।

পুং অমরোমগী মতুংদা বিন্দুনা অমূল্যবু থিরি হায়বা অন্নপূর্ণাগী নাকোং য়ৌখ্রে। মহাক তুম্মিন্না য়েশিন্দুনা লৈখ্রে।

খিব-খোংপা অস্থম অস্থম হেনগংলক্লে। মতম অহুনা মহাক্লা মপালদা থোরক্লপা হায়রকই, "কম্নি জগোয়নো অমা তৌরিমাল্লে, নরেনগা লোয়নহনা মহু য়েংবা চংখি,— থুনা হেক্তা হল্লকনি, নঙ কম্নিমত্তা নুংশা থিক্লনু।"

বিন্দুনা মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হংলকই, "কনানা চংহনখ্রিবনো, ইচেনবা?"

অমূল্য কনাগীশু অয়াবা য়াউদনা চংখ্রিবনি হায়বা য়াকম অহু অন্নপূর্ণানা চিংনহনা হায়দোক্লিংঙ্গে, হায়রকই, "হৌজিক য়ৌরক্লনি।"

বিন্দু মাইথোং মল্লা চৎল্লে।

ভাইহাক লৈরগা অমূল্যনা ইমুংদা চংলকপদা মমাতোল্লা থিনৈ হায়বা তাবদা মহাক মপাবুংগী কমুং মচিদা চাশিন্দুনা হিল্লয়ে।

থাউমৈগী মণ্ডালদা ফমদুনা মমিংতা আনোক উপতুনা যাদব ভাগবত পাঠ তৌরি, মমাই নোনখৎলক্লগা হায়রকই, "করি তৌরে অমূল্য ?"

অমূল্য খুমদে।

কদম্বা চংলক্লগা হায়রকই, "ইমাতোল্লা কৌরি, লাকও।"

অমূল্যনা মহাক্কী মপাবুংগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "বাবা, নহাক অমুক্তা থিনবিয়ু।"

যাদবনা ওকুনা হায়রকই, "ঐনা থিনগদবা! করি তৌনরবগে কদম ?"

কদম্বা গুপায়না তম্লে।

যাদবনা খঙলে, বাকম অসিগী মরিদগী খৎনবা অমদি শোয়ত্রবনি।

অমনা থিংই, অমদা হকুম পী। অদুনা অমূল্যবু পুদুনা যাদব মমাও-মুদীগী কাগী মপালদা লেপতুনা কৌরগা হায়রকই, "কেন্সুক্তি যাবু চাকপিরো মুদীমচা, মানা অমুক হন্না তৌজবরোই হায়রি।"

অহিং অহুদা মৌ অনিনা চাক চাবা কম্লিররবদা বিন্দুনা হায়ররকই, "ঐ মতোন্দা শাউন্দে ইচে; অহহু মকম অসিদা ঐ লৈবা অমুক মারোইদৌরি—অমূশা অহু ওইররদি তশেংনা মাংবা তারে। করিগুম্বা ঐনা থিংলমগ্রবা, মহু ওইররদি রাকম অমনি; অহহু থিংলবা কাওবদা অম্ক হাক্লা মানা মথৌনা লৈরক্লিবসি কমদৌহনবো! মতম অহুদগী হৌনা ঐ গুপ্নদগী রাকম অসিমক থক্লিবনি। অহুগী মথক্তা কন্ত-লৌশিং অসি য়েংউ। ঐগী নাক্লা চংলক্লে, ইচেগী নাক্লা চংলি; য়ুমদা ইমক্লে তাবদা ঐনা কৌই, অহুম হেক্লা মানা আঙ্গাকলবু পুহনা লাকই। ন.ভু ইচে, অম্ক কুইবসি অসিগুম্বসি অমত্তা খোকথ্রিত্রি—ঐ থোইদোক্লহুম কলকতাদা লৈফম ভাড়া লৌহনা লৈক্লবা মহুনা কাওবা করবনি, অহহু ইচা অমথক্তনি—থরচ পুবা ঙমগনি, মাবু পুন্সি চুপ্পা শীরাংগী ঈচেলদা তাউথহনথিবা ঙম্রোই।"

অন্নপূর্ণানা লাংতক্লুনা হায়রকই, "নখোয় চংগ্রবদি ঐ ইতোমদা মতৌ করম্না লৈহৌগদগে হায়য়ু?"

বিন্দুনা ঙাইহাক ভুম্ফিম্না লৈরগা হায়রকই, "মহুদি ইচেনা খঙলিনি। ঐনা তৌগদবহ ইচেদা হায়দোক্লিবসিনি। য়াম্না ঙক্লবা অঙাংনি নরেন অসি।"

"করিনীলো, করি তৌরক্লগে নরেন্না? অহুগা থন্দুনা য়েংউ, নখোয় করিগুম্বা মচিল-মনাও ওইরম্বা খোক্লমদি করি তৌগদগে?"

বিন্দুনা হায়রকই, "ওসি মহু ওইরম্লবদি মীনাইবু মখোঙ-মখুং পুনশিনহল্লগা ঈশিং হৈ হৈহনা তপ তানা ফুবগা য়ুমদগী তান্থোক্লমগদবনি। অহুদা নত্তনা 'করিগুম্বা' হায়বনদি চৎনবা য়ারোই, ইচে— মখোয়বু নহাক্না থাদোকপ্রো।"

অন্নপূর্ণানা মপুক্লিংদা য়াবৌরক্লে। হায়রকই, "থাদোকপা থাদোক্কব; ঐগী ইখুংত্তা লৈত্রা ইনাও? মখোয়বু পুম্নক্লিবা মতোন্দা হায়জরুচো। ঐতোন্দা অরেম্বদা ঙংহনা কায়দে।"

"অহুগুম্বা য়াবু আজ্ঞাহলদা কমদৌনা হায়রুগদগে?"

"কমদৌনা হায়থবু ঐতোন্দা হায়রিবা অশুম্বা কোক হেক হায়রুচো।"

বিন্দুনা চাক-পুথম অহু থোক ইন্থোকত্রগা হায়রকই, "ঐবু অঙাং নরানি থনবিরুহু ইচে, ঐম্বু চহি কুনতরেৎ-কুমিপাল ওররুবনি। য়ুমগী মীনাই-মীশলগী য়াকম নত্তে, মরি-মতাগী য়াকম্রি—, নহাক হিংনা হিংনা অহুগুম্বা য়াহু হায়রুবা তায়বদি আজ্ঞাহলনা য়ারৌখিরোইদ্রনে?"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "অহুবু ঐনা মহু পল্লুরবদি মহাক্না ঐগী ইশক অমুক হন্না য়েংবিয়ু য়াত্ররোই। কন্না হায়হনবু ঐখোয়দি মীত্তোপ্নি, মখোয়দি মচিল-মৌপরানি— মহু থম্হত্রিবা কররিগীনো! অহুদা নত্তনা ঐদি অলল ওইরবী অপঙবীনি, করিম্বু লৈত্তবা য়াকম অসিগীদমক অগোয় শারুরবদি মীনা ঐবু তাওরে হায়নখিরোইদ্রা?"

বিন্দু চাক-পুখম অহ্ থরা ইন্থোকপ্লগা উংহ্না কমহ্না লৈগ্রে।

অন্নপূর্ণানা খঙলে, মহাক শুপ্লদগী মতৈবু কীবদগী ভুম্মিগ্না লৈগ্রিবনি। হায়রকই, "নখুৎ থাঙ্গৎত্না কমহ্না লৈয়েনা— চাক-পুখম অহ্না করি লানগ্লবগে ?"

বিন্দুনা খঙহৌদনা মুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "ঐ চাক চাবা লোইরে।"

মাগী মওং-মতৌ অহ্ উবদা অমুক তকুক্লনবা অন্নপূর্ণাগী খৌনা কাওবা লৈখিদ্রে।

ভুম্বা চংবদা বিন্দুনা কমুংদা অমূল্য লৈরম্বা উদহ্না হল্লক্লগা হায়রকই, "হবুংঙো কদায়দা চংগ্লবগে ?"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "ঙসিদি ঐগী কমুংদা ভুমহৌবা উরম্বী— চংলগে, থাংদোকত্তরগে।"

"নত্তে নত্তে, লৈজরসনু," হায়রম্লগা বিন্দু মাইথোং মকশিম্না চংগ্রে।

অহিং নোংয়াইদা, য়াম্না য়ানা হোংনহ্না ভুম্লিবা বিন্দু অন্নপূর্ণানা হৌদোরক্লুনা মিংকপ থোরক্লে।"

"কম্বিনো ইচে ?"

অন্নপূর্ণানা মপালদগী হায়রকই, "থোঙ হাংদোক্লুনা নঙগী মচানুপা লৌশিঙহৌররো। অসিগুম্বা মথোং-হুক্তবসিদি ঐখোয়গী থাবা লাক্লিবসু ঙম্জ-লাকচরোই।

বিন্দুনা: থোঙ হাংদোকপমক্তদা মহাক্না অমূল্যবু পুশিন্দুনা কা মন্নুংদা চংলক্লগা হায়রকই, "নিঙাই চাউবা অঙাং কয়ামা উরক্লে ইনাও, অসিগুম্বদি থক উরক্ত্রি। অহিং নোংম্নাই হেল্লবা কাওবা মিং কক্না অমত্তা উইশিনহন্দে। চাক লাপ্নে অমুক হায়, কাং চিকই অমুক হায়, ঈশিং থকে অমুক হায়, হুমাই হুম্মু অমুক হায়— নত্তে ইনাও, ঐ নুমিং চুপ্পা শু-নোম্লিবনি, অহিংদা ঙাইহাক্তং তুম্বা ফংদ্রবদি ঐ হিংলরোই।

বিন্দুনা মথুং তিংথোকপমক্তদা অমূল্য মহাক্কী মতম্বাক্তা কাখৎলক্লে অমম্বুং মমাতোনগী মথাদা মমাই লোংতুনা মিনিট অমগী মন্নুংদা তুমথক্রে।

মাধবনা অসোমগী ফমুংদগী কয়েম্নতুনা হায়রকই, "পামজবা পেনবিরব্রা ইতৈমা?"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "পামজ-লাকচদে ইনাও-ইবুংঙো, মাদনা মমাবু কীজবদগী অসোমদা হিপ্লরিবনি। অহুদি ওইরগা ঐস্মু পারা অমদি ফংলে হায়বা য়াই। অতুগা কয়াদা হঙ্গোইনিংঙাই রানো ইনাও-ইবুংঙো, ঐগা তুম্মিন্নবা ঈকাইজৈ হায়না ঐঙোন্দা হায়।"

নুমিং তরানিগী মতুংদা বিন্দুগী মমা-মপানা তীর্থযাত্রাগী সঙ্কল্প তৌরগা মচানুপীবু অনুক্তং উনিংহনা দোলাই থাবিরক্লে।

বিন্দুনা মচেগী অয়াবা লোৌরগা অমূলা খঙহন্দনা নুমিৎ নিনি-ভুম্নি মপামদা চৎননবা শেম-শারক্লে, অসিগুম্বা মতম অসিদা লাইব্রিক শেগাদা য়েপতুনা স্কুল কাননবা শেম-শাহুনা অমূল্য থোরক্লুনা মকম অহুদা লাক্লে।

ভাইহাক্না মমাংদা অমূল্যনা মপালদা লম্বী ময়াদা দোলাই অমা থাকৌবা উরকখি; কৌজিক খঙকৌদনা মমাতোনগী মখোঙদা য়েংথক্লবমক্লদা মহাক্না চঙক্লহুনা চপ লেপ্লগা হায়রকই, "নখোঙদা আলতা— করিগীনো ইমাতোন?"

অন্নপূর্ণা মকম অহুদা লৈ, মহাক নোকথোরক্লে।

বিন্দুনা হায়রকই, "ভসিদি মসিগী দরকার লৈ।"

অমূলনা হন্না হন্না খোঙদগী তোন ফাওবা য়েংলগা হায়রকই, "লিক-কোল অহুক য়াম্না শিব্রিবা করিগীনো?"

অন্নপূর্ণা মফি ফিজিনা মচিন খুমহুনা মপালদা খোকপ্রে।

বিন্দুনা নোক্লিংবা খাংহুনা হায়রকই, "নোংমা নঙগী মৌ লাক্লগা শিনরগনি হায়হনা ঐখোয় কনাস্থ করিমঙা শিবা য়াপ্রেনে! চৎলো, স্কুল কাক্লরো।"

হায়রিবা রাসি মনাদা হাপ্তুনা অমূল্যনা হায়রকই, "ইচেনা অহুক নোকপ্রিবা করিগীনো? ঐদি স্কুল কাররোই— নহাক কদায়দনো চৎকদৌরিবনি।"

বিন্দুনা হায়রকই, "করিগুম্বা চৎপা তারবদি নঙগী য়াথং অমুক লোৌনখিগদ্রা?"

"ঐস্মু চৎকনি," হায়রম্লগা মহাক লাইরিক পুথুনা মপালদা খোকল্লে।

অন্নপূর্ণানা কাদা চৎলক্লগা হায়রকই, "মা তন্নায় তন্নায়না স্কুলদা চৎখিগনি নিংদে। অহুবু মওং-মতৌহু নহাক উরেদনা, হায়রল্লিবহুনি, আলতা কল্লিগীনো? লিক-কোল অহুক মায়া শিন্নিবা কল্লিগীনো? ঐগী মাদি পুথুনা চৎখো— মহু নল্লবদি হল্লকপদা নওবু উদবদা মায়া হন্নাং তৌরগনি।"

বিন্দুনা হায়রকই, "পুক্লিংদা খনবিত্রা ইচে, মাবু স্কুলদা চৎখিব্রনে? কৈদৌনুংদস্থু নত্তে। কদায়দনো নাথৈহুনা লৈরমগনি, য়েঙোই, মতম চপ চানা খোরকনি।"

ভশেংনা মহুমক তৌরে।

মহাক কদায়দনো লোৎতুনা লৈরুই, বিন্দুনা অন্নপূর্ণাগী খুয়া-উফুল লৌরগা দোলাইদা কাখৎপা মতমদা কদায়দগীনো খোরক্লগা মহাকী ফিজি পান্নহুনা লেপ্লরে।

মৌ মচিল-মনাও নোকখোরক্লে।

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "চৎলমদায়দা অমুক কুন-চৈনক্লরসু, পুবিল্লো।"

বিন্দুনা হায়রকই, "মহুবুদি পুরগনি ইচে, অহুবু কদায়দস্থু খোঙ থাংদোক্লবা উপায় লৈত্তে, মসিদি শাথীবা খুদোংথীবনি!"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "নশানা থাকচবা লাংদা নশানা

খুজবনি ! অমূল্য, লৈহৌরোদনা নত্ত নোংমা-নিনিদি ঐগী লাক্তা।"

অমূল্যনা মগুক হাইদুনা হায়রকই, "ওম্মোই, ওম্মোই, মহাকী ননাক্তা লৈবা ওমজরোই।"

অসি হায়রগা মহাক দোলাইদা কাখৎতুনা কমত্রে।

তরেৎ

বিন্দুনা মপামদগী হল্লকপা সুমিৎ তরানিগী মতুংদা নোংমা সুমিৎ য়ুংবদা অন্নপূর্ণানা মহাকী কাদা চংলক চংলক্লা হায়রকই, "ইনাও ?"

মো-অতোম্বী অমোংপা কি-রোল মপৈ অমগী মথাংদা চপ মুংনা কমহুনা লৈরম্মী।

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "থোবী লাক্লব্রা ?"

মো-অতোম্বী না মচেৎ অমত্তা ওাংদে।

অন্নপূর্ণা হন্দক্তি মহাকী মাইথোংগী কিভম উবদা অকীবা পোক্লক্রে। নিংজিং-মাংজিংনহুনা হংলকই, "করি তৌরবগে ?"

বিন্দুনা মখুৎ খিন্দুনা তাহনা লৈরিবা অতেম অতেনবা চুরুট মতেক অনি উৎলগা হায়রকই, "অমূল্যগী ফুরিংখাওদগী তারক্লিবনি।"

অন্নপূর্ণা চঙকুনা লেপতুনা লৈরে।

বিন্দুনা খঙহৌদনা কপথোরকুগা হায়রকই, "নখোঙ অনিদা ছুজগে ইচে, মখোয়বু তাম্মোকখ্রো, মহু নত্রগনা ঐখোয়বু কদায়দনো থিনবিরো।"

অন্নপূর্ণানা পাউখুম পীরমদে। ছাইহাক অমুক্তা ছুম্মিনা লেপতুনা লৈরম্লগা চংখ্রে।

মুংথিলদা অমুল্য স্কুলদগী কুম্লকপগা চত্রা রাগ্লগা শামবা চংখ্রে।

বিন্দু রা অমত্তা ঙাংদে।

মীনাই মুপা ভৈরবনা রাকংপা চংলকই, নরেনবাবুনা মরাল লৈত্তনা মঙোন্দা খোঙউপনা কাওই হায়না তম্লরে।

বিন্দুনা শাউবংননা হায়রকই, "ইচেদা হায়রুচো চংলো।

কোর্টতগী হল্লকুগা মথবনা মফি হোংলোক হোংদোক্লা করিনো ফাগী মচা অমা তৌরুবদা মাগী মুপীগী মফমদগী মীরা তাহনা ছুম্মিনা লৈখ্রে।

মশক উদবা অকনবা নোংলৈ-মুংশিং অমা হৌরক্লে হায়বা অহু ইমুং অসিদা অন্নপূর্ণাদদি ঙাক তাই। মপুক্লিং চরাং-খোইরাংননা সন্ধ্যা অহু রানা থাংলে, অসিগুম্না মতম অসিদা অচিকপা তাঙ্গা কংলহুনা মহাক্লা মৌ-অতোপ্পীগী মথুং শাম্লুনা হায়জবগী খোম্মোক্লা হায়রকই, "ওইনিংবা ওইসনু, মাদি নজ্মকী

মচানুপানি, হন্দকমুক্তংদদি ঙাকপিরো। থোইদোক্লহৌম মরুমদা কৌশিল্লগা কীহল্লু।"

বিন্দুনা হায়রকই, "ঐগী ইচা নত্তে, ঈাকম অসি ঐস্ন খঙই, নহাকস্তু খঙই। অরেম্বদা ঈা চাউথোকহল্লুবনা করি কান্নগদগে ইচে?"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "ঐ নত্তে, নঙনা মাগী মমানি— ঐনা নঙোন্দা পীথোকখ্রবনি।"

"নিংথিরৈঙ মতমদা পীজ-থৈথকখ্রে, পেংপি-ইনবিখ্রে। হৌজিক্তি চাউরে, নপোয়গী নচা অসে নখোয় লৌশিন্নো— ঐহাকপু খাদোকপিরো।"

অসি হায়রম্নগা বিন্দু চংখ্রে।

অহিংদা পেক্নৌ পেকৌ ভৌনা অমুলা অন্নপূর্ণাগী মনাক্তা তুম্বা চংলকই।

অন্নপূর্ণানা থৌদোক্তু ভাব তারহৌনা শাউহৌনা হায়রকই, "সিদা কৈদৌবা লাক্লিবনো? চংখ্রো চংলো মফমসিদগী— চংলো হায়রিবসিনি।"

অমুলানা হন্না য়েংলকই, মহাকী মপাবুং তুম্নি, মহাক করিগুম্বা ঈা অমত্তা হায়রমদনা তপ্পা তপ্পা চংখ্রে।

অয়ুক অঙনবদা কদম্না চাকশঙদা লুখাক-কোল লৌথোকপা লাকপদা উরে, মাঙ্গোল মচি অমদা শীঙ্গায়বাক খন্না পৈহৌনা লৈরিবা অহৌগী মথক্তা অমুল্য তুম্লি।

মহাক্কী চেনখিহুনা বিন্দুবু হৌদোক্তুনা কৌক্লরে।

অন্নপূর্ণাস্ম মিংকপ খোরক্তুনা মপালদা খোরকই। মহাকস্মু মখোয়গী মনাক্তা চংশিন্নক্তুনা লেপ্লরে।

বিন্দুনা খোঞ্জেল য়াক্না হায়রকই, "অহিংদা য়ুম্নুরেনবী অহলনা তাম্বোকপিয়কখিবা ? মা য়াক্তরবদি তুম্বা কায়গনি, নত্রদো ?"

অন্নপূর্ণা অঙাংগী মতৌ উবদা মুংনাংবনা মুংঙাইজদবনা মহাক মশাগী মমিংতম্মু পী হৈবা চেল্লরুবনি, অদুবু বিন্দুগী খোইদৌ শিকপা য়াহৈদা থৈ হৌরক্তুনা হায়রকই, "নশাগী দোষ নঙনা মীগী মথক্তা খোঙ্গংপবু ওয়বদি হিংলবনি।"

বিন্দুনা অঙাং কোনখংকে তৌরুবদা খঙলে, মহাকী মশা শাই— নারে। হায়রকই, "অহিং চুপ্পা, মেরা থাগী লিক্লাদা— নাবা মশানা তাবনি। হৌজিক কম্বরুবদি কৈ।"

অন্নপূর্ণানা শাখংতুনা লুকথহনা হায়রকই, "নারে হায়বা— কদায় য়েংসি !"

বিন্দুনা মহাকী মখুং লাক্তুনা ইম্বোরুপা হায়রকই,"কায়দে, অমুক য়েংলুবগী দরকার লৈতে।"

অসি হায়রয়গা তুম্নিবা অঙাং অদু শং পময়খংলগা অন্নপূর্ণাদা অমুক্তং মিংরেং থানা য়েংলয়গা মহাক মশাগী কাদা চংলে।

তুমিং মঙা-তরুক্নিদা অমূল্য নাবদি ফবে; অঁহুবু মচেগী মশাগদি বিন্দুনা ঙাকপিখিত্রে। তুমিং অঙ্কুদগী হৌনা মহাক নিংথিনা রা অমা ফাওবা ঙাংখিত্রে।

অন্নপূর্ণানা মপুক্নিংদা পুম্নমক খঙৈজে, অদুম ওইনমক মহাকস্থু চুপ লুপতুনা লৈত্রে। ময়াম মমাংদা মরাল পুম্নমক মহাকা মথক্তা হৈজিন্নি হায়রগী তুংঙাইতবা অদু মহাক্নস্থু কাউবা ঙমখিত্রে।

মতুমক নোংমা কন্নিনো রাফম অমদগী মহাক্না এলোকেশীগী মকমদা থোক হায়দোকত্রে, "অঙাং নাবদি মৌ-অতোপ্পীগী মরালননি। মা শিংহৌদবা মতুতুম লাইবক কবনি।"

রাফম অদু এলোকেশীনা শিন্দুদা তম্বদা ঙাইহাক্তা কাওবা শম্নখিদে। বিন্দুনা মপুক্নিং চংনা তাই, অদুবু বা ঙাংথোক্তে।

রাফমদু মহাক তাত্রে হায়বা অদুস্থু এলোকেশী মঙনা অতোপ্পা কনাস্থু খঙখিত্রে।

বিন্দু মচেগা রা-লাং ঙাংনবা পুমলেপ লেপত্রে।

তুমিং কম্নানিরোমদগী যুম অহনবদা পোং-চৈ হোনত্রে, হন্নেং অমুকমক ময়াম যুম হোংলগদবনি। মাদব অঙাংশিং পুক্নুনা যুম অতুদা চংখি, মাধব কেশবী মরিদা অতোপ্পা লম অমদা চংখি, মহাকস্থু লৈতে। চৈরক অতুদা যুম অসিদা রাম্না শাখীবা রাথোক অমা থোকত্রে।

সন্ধ্যাদা মাস্টরনা লাইব্রিক তম্বিবা লাকই, করি থরকুননো বিন্দুনা মহাকপু কৌশিলহল্লুরে। হায়ুরকই, "হয়েংদগীদি অনোমদা লাক্লগা তম্বিরো।"

"কনি আজ্ঞা-ইবেম্মা" হায়রগা মাস্টর চংখিগদবগী তৌরকই, বিন্দুনা হায়রকই, "অদোমগী ছাত্রহুবু হন্দক-মরকসি লাইব্রিক তম্বা কযদৌরিবগে?"

মাস্টরনা হায়রকই, "লাইব্রিক-লাইশুদি মহাক মতম চুপ্পদা কয়কই, পরীক্ষা খুদিংগী মকোক ওই।"

বিন্দুনা হায়রকই, "মহুবুদি ওই রবনি। অহুবু হন্দক-মরক চুরুট থকপা তম্লক্লে।"

মাস্টরনা ঙক্কুনা হায়রকই, "চুরুট থকপা তম্লবা?"

খংনবা মিংকুপ্পা মশামক্লা হায়রকই, "ঙকউনিংঙাই নৈতে, অঙাংশিংদি পুম্নমক উব-খোংপদগী তম্নই।"

"কনাগী উবদগী তম্লক্লিবা?"

মাস্টর তুম্মিন্না লৈরে।

বিন্দুনা হায়রকই, "মাগী মপাদা বাকম অহু অমুক্তা তম্বিয়ু।"

মাস্টরনা মঙক নোমগা হায়রকই, "মসি য়েংবিয়ুদো, ঙসি মঙা-তরুক্কি শুরবা বাকচি, স্কুলগী লম্বীদা উড্ডিয়া-মচা খমগী বাগান্দা চংলগা মতম মঙনা পানবা হৈনো হেকলুই, উপা খুদেকলুই, অহপা মাবুম্ন ফুকহুনা বা খোকখি।"

বিন্দুনা শোর খিংনা হায়রকই, "অছুদগীদি ?"

"উড়িয়া অছুনা হেড মাস্টরদা তাকই, মহাক্না লুপা তরা অরিমাদা তৌহল্লগা মঙোন্দা মহু শীহুনা তেশিল্লখি।"

বিন্দুনা খাজবা ঙমদ্রে। হায়রকই, "ঐগী অমূল্য রাউত্রা ? মাদি শেল কদায়গী কংগদগে ?"

মাস্টরনা হায়রকই, "মহুদি খঙজদে, অহবু মাস্ক য়াউই। য়ুম অসিগী নরেনবাবুস্থু য়াউই, স্কুলগী লমহেনবা অঙাং অহুম-মরিস্থু য়াউই। রাকম অসি হেড মাস্টর মহাশয়গী মকমদগী তাবনি।"

বিন্দুনা হায়রকই, "শেলস্থু খোমগংগ্রত্রা ?"

"হোয় আজ্ঞা-ইবেপ্মা, মহুস্থু তাজৈ।"

"মরে— লেংবিয়ো।" হায়রগা মহাক মকম অহুদা অহুম কমহুনা লৈদ্রে।

মহাক্না মচিন্দগী ময়েক শেংকাংতনা মসিদংদি খোয়রকই, "ঐবু খঙহন্দনা শেল শীরিবা, অহুক মথৌনা লৈবা মীশক য়ুম অসিদা কনানো ?"

মপুক্কিংনা সুংঙাইতবনে, মহুদা মচেপা কৌনদবনে, মহুগী মথক্তা পাউ অসিনা বিন্দুগী অক-কত্ত খহুননবা জ্ঞান পুম্নাং মাংহলদ্রে।

মহাক হোৗগংলগা চাকশঙদা চংলক্রে।

অন্নপূর্ণা মুখিদাংগী ওইনমবা ইচ্ছাং শেমক্লা। লৈরম্মী, মমাই লোনখৎহুনা মো-অতোপ্পীগী কাহংলবা মাইথোংদা য়েংলকই।

বিন্দুনা হায়রকই, "ইচে, মরক অসিদা অমূল্যদা শেল পীখিব্রা?"

অন্নপূর্ণানা তশেংনা মসিমক ৎিংনরম্লিবনি, মুংশাগীবনা মথনাও থ্রক থ্রক কংগ্রে; খোঙেল পিক্না হায়রকই, "কনানা হায়বগে?"

বিন্দুনা হায়রকই, "মহুদি কাম্নবা ব্রা নত্তে— দরকার ওইবা বাদি অসিনি, মানবু করি হায়দুনা লৌখ্রিবনো, অদুগা নহাক্না করিনি হায়দুনা পীখ্রিবনো?"

অন্নপূর্ণা চপ যুংনা লৈরম্লে।

বিন্দুনা হায়রকই, "ঐনা ৱারকপা অসি নহাক পানদব্রা, মহুগীদমক ঐঙোন্দা লোংলিব্রা? অমূল্য কনা অমম্ক গোসম্ক, মীনম্বা বাদি গুরুজনশিংগী মফমদা ঙাংলোই, নহাক্না থঙনা থঙনা পীখ্রিবনি, চুম্লিনিনে?"

অন্নপূর্ণানা তপ্না তপ্না হায়রকই, "অচুম্বনি, অম্ববু হন্দক অমুক্তদি সাবু ঙাকপিরো ইনাও, ঙাকপিবা ঐ পাম্মী।"

বিন্দু মখোইদো চাক্লক্লে, হায়রকই, "অমুকথক্তা! ঙসিদগী পুক্নিগী ওইনা ঙাকপিরবনি। অমুক হায়জররোই। অমুক হায়জররোই। অমুক হমা ৱা ঙাংজররোই। মহাক্না মতৌ

"ঐবা ময়াংনবদি ইশাগী ইরমনি, নহাক্না ময়াংবক্কিবদি কনাগী পোকয়ো হায়বু ভাগি ?"

অন্নপূর্ণা হন্দক্তি তমথীনা শাউরক্লে। মহাক ন্যাইরবা ইথুংগী নিত্তোলনি। মপুক্কিংদা থরকই, বিন্দুনা ইঙ্গিত অহেনক তৌরক্লিবনি। হুক তৌগংলগা হায়রকই, "নঙদি বাঁমা ঈবাক-খুনবা মীগী মচা নিত্তোলনি, অহুবু মহুনি হায়হনবু অতোপ্পা কনানমু লুপা অনিদং ফাওবা পীবা য়াবরোইদবা, অহুক হাক্লা নাপল কাগনু।"

বিন্দুনা হায়রকই, "অহুক্তমা নাপল থহু ঐ তৌদে, অহুবু নহাক্না পৈসা অমত্তং পীখোক্লমদায়দা নহাক্না কনাগী পৈসা পীখোক্লিবুনো হায়নহুদি থহুহুনা য়েংউ।"

অন্নপূর্ণানা লাউ-খোংলক্লে, কনাগী পৈসা পীব্রিবা ? নচিন্দা খোকপা পংতাং তাংজবা শাবিত্রা ? চৎখ্রো, ইথাংদগী চৎপিখ্রো চৎলো।"

বিন্দুনা হায়রকই, "চৎপা— নোং হেক তানবগা চৎলগনি, অহুবু কনাগী পৈসা খরচ তৌরিবনো হায়বা অহুদি উবা কঙ্গ্রে ?"

খঙহৌরনা বা অদি হায়রোক্লুবগা বিন্দু চপ লেপখ্রে।

অন্নপূর্ণাগী মাইথোং তাইরেং তাইখ্রে।

মহাক্না তাইহাক মখিং কুপ্তুনা খৌ-অতোপ্পগী মাইথোংদা শংবিক য়েংহুনা লৈরগা হায়রকই, "নহাকী নপুরোইবনা তাক্লগা

শেংলি-চারিবনি। ঐ নহাক্কী মীনাই হুনীদ্রি, মানা নহাক্কী মীনাই হুপানি। বসি মহাক্তো নপুক্কিংগী বা? মহ অমুক কুইরপি য়াম্নোঙক্রিবা কৈরিগীনো?"

য়হাক মথৈ হুয়া হয়া নিক্লক্লে। মহাক্না মচিন্নবান চিকশিন্দুনা খিংকুপ অয়ুবোম খ'ংলগা হায়রকই, "কদাযদা নৈরুই মো-অক্তোয়ী-ইনাওহূপাবু লাইহিরিক তমহন্নবা হোৎনবদা মানা কিয়োল অনি-তুনা শেংচবা ভূমখিদবা মতমহূদা? কদায়দা নৈরুই নও, মূম মৈ চাকখিহুনা উখোংদা খোংলগা চয়া অমমমদা চাহূনা মানা অহল-লময়গী যুক্কম লেপ্লা ভুয়মবা হোৎনখিবা মতমহূদা?"

তাংবা হাংনো মহাকী মমিংতগী মপী অয়-ব শিহ্নরক্লে। মহি কিজিনা মপী তৈখোক্লগা হায়রকই, "মানা কবিজ্বা নখোয়গী নপুক্কিংগী য়াসি খঙলম্না খোক্লবদি কৈদৌইঙদস্মু মক্তো অমুয়া কানি চাহূনা মখিং উইশিন্নুনা হিদাকফু তোংইজে মচিন্দা চুপক্লুনা শুংশাইনা মতম লেহোক্লদবা— মহাক অহূঙুবা মীশক নক্লে। মাবু নঙগী নপুয়োইবহূনা খঙবনি, মাবু মরূগী লাইয়াম্না খঙবনি। নঙগুম্না কবি তৌরিবা— মাবু ঙৈকাহূবা পীরবা!"

মতম অসিমক্তদা য়াদবনা ভুমাংদা চংলক্লুনা লেপ্লগা কৌরকই, "মো অহল।"

মপুয়োইবগী খোঞ্জেল তাবদা অমপূর্ণা নোংমৈ-হুংশিং অকনবদা সমুক্রনা ঙৈহৌয়কপগুমক্রে, মপানদা চেখোয়ক্লগা হায়রকই,

"ভুকচে ভুকচৈ, মচু-মচাবু থাকপা চৎলবা মীশক— মহাক্না থুনমথা খৌরি কংজিনা কবিগনিদো ?"

যাদবনা মবুদ্ধি চময়হনা হায়রকই, "কবি তৌরবগে:ন ?"

"কবি তৌরবগে ? কবিশু নত্তে। খৌ অহনবা মখেক শেংবা হায়দোরক্নে, ঐ মাগী মীনাই থুপীনি, নহাক্না 'মাগী মীনাইনি।"

ইমুংদা বিন্দু মবৈ চিঙ্কনা থুদোক্‌খীনা মনাকোং থেনখ্রে।

অন্নপূর্ণানা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "ঐনা পৈপ্পু অমা কাওবা ইথুংবা লাহোক্নুনা কনানদু পীখোক্লবা অধিকার লৈত্রে—মহাক হিংবা হিংনা কাওবা ঙসি ঐখোপ্পা বাপি তাহল্লবনি। ঙসি নহাকী মাংদা লেপত্তুনা বাশক্লিবনিনি, মখোয়গী মচেং চাবথদি ঐহাক ইচাগী মকোক চাবা শক্লমহু।"

বিন্দুগী মেনশিন্নিরা মাকোং মথুংদা বা অশি মখেক শেংবা চংখ্রে; শোক্পাংবনা "কবিনো তৌরিবহু ইচে" হায়ত্নুনা মহাক মকম অহুমত্তুদা লেকথহনা ঙসি চহি তম্বানিথোইগী মচুংদা থঙ্গহৌদনা বাহত্নুনা ঢুখ্রে।

# মিপাল

অনৌবা যুমদা বাদব, অন্নপূর্ণা অমস্তুং অমূল্য নতুনা অতৈ পুন্নমক হোংলক্লে। মপালদগী বিন্দুগী মমে, মনেগী মচান্নুপী, মতুন্নুপা, মতুন্নুপী, মপামদগী মমা-মপা, মখোয়গী মীনাই-মীশল অসিনচিংবনা যুম অমু পুমথন থনক্রে।

মকম অসিদা লাকপা নুমিং অমুদা তুপ্নগী বিন্দুদদি ন্নংতক-ন্নুংঙানমা উখি, অদুবু মথংগী নুমিংতগী মনাক্তা কিতম অমু কোকখি।

শাউরবদি অন্নপূর্ণা লাকনি, মসিদা বিন্দুগী চিংনবা মচেং অমত্তা লৈতে।

মকমসিদা পুক্তা তৌরগা মীয়াম পীজ-পীথক তৌগদৌন্নিবনি, মহাক মতুমক্তা শিনব-লাংবদা মথৌ চিনক্রে।

বিন্দুগী মপানা হংলকই,"ইবেম্মা, নঙগী নচান্নুপাদি উদেনা?"

বিন্দুনা শন্না খুন্নকই, "মহাক অসোমগী যুমদা লৈ।"

মমানা হংলকই,"নঙগী নচেমদি থঙলে লাকপা ঙম্নরোইনে?"

বিন্দুনা হায়রকই, "ঙম্নরোই।"

মমা মপানা মতম অমুদা হায়রকই, "যুম কুক্লা লাক্লবদি অসোমগী যুমদা কনা লৈহৌগদগে? ইপা-ইপুগী যুক্তম পুমথা থাদোকপত্ন্ যাথা নত্তে।"

বিন্দু তুম্নিন্না থবক নোয়া চংখি।

যাদব থুমিং খুদিংগী অমুমুক লাক্লুনা মপালদা ফস্নে, ম্নারী-ম্নাতাই শারগা পাউ লৌরগা হনখি, অদুবু ইমুংদদি চংদে।

যুম-পুজাগী মমাংগী অহিংদা মহাক্না ইমুংদা চংলক্লগা এলোকেশী কৌথোক্লগা মনুংগী পাউ লৌরি, বিন্দুনা খঙলক্লুনা মক্নমদা লেপতুনা ম্না তারি। মপাবুংদগী হেন্না মতৌ অসিগী মফমদগী য়াম্না মহা ওইরিবৈদগী নুমিৎ অদু ফাওবা চানবিবা কয়া মহাক্না ফংজরকখি, কয়াদা নুংশিবিবা মিঙ্গৌ তাখি যাদবনা 'নুপীমচা' হায়না কৌবিরম্মী, নোংমক্তা মমিং ফাওবা পন্দুনা কৌবিদে, অসিগুম্বা মতৌগী মফমদা মচেপা থংনদুনা কয়া ম্নাকংখি।

যাদব চংখ্রে।

বিন্দুনা অচিকপা কা মনুংদা মফি ফিজিনা মমাই খুমথুনা হিক হিক কপ্লকই— মাইকৈ মম্নিদা মী লৈ, থংনবদা কনাগুম্বনা তাখিবা য়াই।

মথংগী নুমিংকী অয়ুক্তা বিন্দুনা মপুরোইববু কৌশিল্লগা হায়রকই, "মতম ওইরক্লে, পুরোহিত লাক্লে— আজ্ঞাহলদি হৌজিক ফাওবা য়োরক্লি!"

মাধবনা ঙক্লুনা হায়রকই, "মহাকপু করিগীনো?"

বিন্দুনা থোইদোক্না হেন্না ঙক্লুনা হায়রকই, "মহাকপু করিগীনো? মহাক্না নত্তনা পুম্নমক অসি কনানা তৌগদগে?"

মাধবনা হায়রকই, "ঐনা তৌরগা তৌরে, অহু নল্লগনা নিঙোল-মরা প্রিয়বাবুনা তৌগনি। দাদাদি লাকপা ঙম্‌রোই।"

বিন্দুনা শাউনা হায়রকই, "লাকপা ঙম্‌রোই হায়রগা হেক্তা য়াগম্রা? মহাক নৈনা নৈনা কনাগী অধিকার লৈ? নত্তে নত্তে, মহু য়ারোই—মহাক্তা নত্তনা ঐনা কনাবুস্তু তৌহল্লোই।"

মাধবনা হায়রকই, "অহুদি তোক্লসি। মহাক য়ুমদা লৈত্তে, থবক চংখি।"

"পুম্নমক অসি য়ুম্বুরেনবী অহলগী খুজিল-থৌরাংনি। মহু ওইরবদি মহাকস্তু লাক্লরোই খঙলে।"

অসি হায়রগা বিন্দু কপ্লিং কপ্লিং তৌনা চংখ্রে।

মহাক্কী মকমদা পুজা-পাঠ, উৎসবকী থৌরাং, পীজ-পীথকপা, পুম্নমক মিংকুপ অমদা তশেংনা মীনম্বা ওইখ্রে। নুমিং ঙুম্মি চুপ্পা মহাক্তা মসি তত্তনা খল্লক্লিবনি, ঙসি আজ্ঞা-হল লেংলক্কনি, ইচে লাকপিগনি, অমূল্য লাক্কনি।

হন্দক মরকসি নুমিং চুপ্পা থবক-ইশ্বাংগী মরক্তা থাজবা অসিগী মতেংনা মহাক চিংনবা লৈত্তনা লৈরক্লিবনি, রাকম অ'সি মহাক মশা নত্তনা অতৈ কনাস্তু খঙলমদে। মপুরোইবগী রাইহ অমদা পুম্নমক অহু মরীচিকাগী মতৌগুম মাংখিবমক্তদা উৎসবকা অচৌবা থৌরাং অহু মহাক্কী মকমদা থৌরেম ওইনা থোকখ্রে।

এলোকেশীনা চংলক্লগা হায়রকই, "অচা-অথক থম্বা কাগী শোহ অমুক্তা পীবিয়ু মো-অতোম্বী, ময়রানা সন্দেশ পুরকই।"

বিন্দুনা চোকথবা কিভমদা হায়রকই, "হৌজিক থাদা কদায়দনো থমখো ইচল, কোয়া ভোৗয়সি।"

"কদায়দা থমগদগে ইনম্বা, কাকু-চুংনা শোকনিগে।"

"অহুনি থোক হেক হুন্দোকগ্রে!" হায়রগা বিন্দু অতোপ্পা মফমদা চংগ্রে।

মনেনা মনাক্তা লাক্লগা হায়রকই, "হাই বিন্দু, হৌজিকী ময়দা কয়া য়াম্না নোইগদগে, কয়িগুম্বা অমুক্তা তাক্লবদি—"

বিন্দুনা শককম হঞ্জিন্না হায়রকই, "কয়া য়াম্না নোইগদগে হায়বা ঐনা কয়ি থঙগদগে? নখোয়দি য়ুম পুবীনি, নখোয়না থঙগ্রা?"

মনেনা ঙকুনা হায়রকই, "বা তাওনে। মখোয়গীসি মী কয়া য়াম্না হৌজিক চাগদগে, ঐনা মহু কমদৌনা থঙগদগে?"

বিন্দুনা শাউহনা হায়রকই, "মহুদি মতোম্মা হায়রুচো। মহুগুম্বহু ইচেদি য়াম্না থঙগনি; অমূল্যধনগী নগুণ থাংবা মতমদা হুমিং হুয়ি চুপ্পা সহরগী মী পুরবক পীজ-পীথক তৌখি, অদুগা অমুক্তা হায়দে, মৌ অতোপ্পী, মহু তৌরুচো, মহু য়েংশিনুচো! মহাক্কুম্বা মতিক চাবা মীশক অমত্তা য়ুম অসিদা লৈতে।"

অসি হায়রগা মহাক অতোপ্পা কা অমদা চংগ্রে।

কদয়া লাক্লগা হায়রকই, "আজা-ইবেম্মা, নয়া-ইবুংতোম্বা হায়রক্লিবা পুজাগী কি-য়োলশিংদু—"

মশাক্কী মা লোইশিন্দ্রিনৈঙেদা বিন্দুনা খংলাউ লাউদুনা হায়রকই, "চাররো ঐবু, নখোয় ময়াম লেংতুনা চাররো! চংশিন্দ্রো চংলো ইমাংদগী।"

কদম তৌকম খঙদনা চেনখ্রে।

ঙাইহাক নৈরগা মাধবনা লাক্তুনা কয়ারক কৌখোক-কৌশিন তৌরগা হায়রকই, "নঙবু তারিব্রনে?"

বিন্দুনা মনাক্তা চংশিল্লরগা ক্রং ক্রং চোংদুনা হায়রকই, "তাজদ্রে! ঐ ঙমজররোই। ঙমজররোহ! মারব্রা?"

মাধব চঙক্লদুনা য়েংদুনা লৈখ্রে।

বিন্দুনা হায়রকই, "করি তৌগে হায়রিবনো? ঐগী ইঙক্তা খৌরি থুগে হায়রিব্রা? থুগে হায়রগা থুবিররোনে!"

অসি হায়রগা মচাক কপতুনা থুনা য়াংনা থৈদোক্তুনা চংখ্রে।

মুমিং কনা য়াম্না কাখংলক্লে।

বিন্দুনা খবক নৈতনা ঙাওচংলনা কা অমদগী কা অমদা শুপ্নগী মীগী অশোয়বা য়েংদুনা কোইচং চংলকই।

কনাননো তকিং তকিং লশীদা কোল-লিক ময়াম অমা থনয়্রগা চংখি, বিন্দুনা মহুশিংহ থোক লাক্তুনা শুমাংদা লংথোকখ্রে, করি-কমদৌনা খবক তৌগদগে তাকপিয়ে; কনাগী অচোংপা কিনো কৌদোক্লশী, হুমজিল্লক্তুনা মাগী মশাদা থেংলবয়ক্তদা মহাক্তা শং চিংখরগা মচেং মচেং লেগায়দুনা হুন্দোকখ্রে,

কমদৌনা কি কৌগদগে ভাকপিরম্লে। মহাকা মাযোক্লক্লবা মী খুদিংমক কীনহুনা থৈদোক্লুনা লেপ্লরে।

পুরোহিত মশামক্লা ইমুংদা চংলক্লগা হায়রকই, "মসিনিনে! মতমদি থেংজিল্লক্লে— করিগুম্বা চান-শক্লুরগী থৌরাং লোইশিনবা উদবা অসিবু—"

বিন্দুনা মরুমদা লেপচুনা থোক্লেল য়াক্লা হায়রকই, "থৌদোক থোকপা ইমু দদি মক্লৌশানা থবা থেংনরিগনি।"

অসি হায়রগা কোন অমা মথোঙনা থোক কাওংথ'ক্লম্লগা মহাক অতোপ্পা কা অমদা অমুক চংলক্লগা লৈমায়দা চপ য়ু'না কয়হুনা লৈরবে।

মিনিট তরারোমগী মতুংদা খঙহৌদনা মহাক মনাকোংদা মশক খঙবা থোঙথাং মথোল তারকপএক্লগা মহাক্লা ফুক হৌগংলগা থোঙদা মঙক চেপথহুনা য়েংলকই, অন্নপূর্ণা লাক্লুনা মাঙোলদা লেপ্লি।

বিন্দু নুংঙাইতবা অমদি রারোবনা কপথোরক্লে।

মপী তৈথোক্লগা মহাক মমাংদা চ শিল্লক্লে, অহুগা মঙক্লা মকি কিজি য়েংতুনা মখুং লোম্নহুনা হায়রকই, "পুং তরা-তরামাথোই তাক্লে, কয়া থীনা য়েক্লবা ওইবিগে হায়রিবনো ইচে? ঐনা হু চারগা নথোম্নগী নপুক্লিং পেনগদবা লৈরবদি মুমদা হল্লগা হু তেঙ্গোং অমা থাগে হায়রগা থাবিরকউ।"

অসি হায়রগা শো চবুল অহু মচেগী মখোঙ ময়াদা শোপ খাদরম্নগা মহাক মশাগী কাদা চংলগা খোঙ থিংজিন্দুনা লৈমায় 'থক্তা উপ্না তুহনা কপ্নরে।

অন্নপূর্ণানা রা-লাং ঙাংদনা শো-চবুল অহু খুনগংলগা খোঙ হাংদোক্লুনা চান-থক্লবা থগা কাদা চংখ্রে।

মুংখিল পোখোপ্পা মী চংখোক-চংশিন, চানব-থক্লবগী মী তৌনবা হল্লরক্লে ; অদু ওইরবসু বিন্দুদি করিগীদমক্তনো মপুক্লিং চন্নাং-খোইরাংননা হযুং-মাঙ্গোল হঙ্গৎ-হন্দা চংলি।

ভৈরবনা লাক্লগা হায়রকই, "অমূল্যবাবু স্কুলদা লৈহোদে।"

বিন্দুনা মঙোন্দা নৈম হৌনা য়েংহুনা হায়রকই, "অঙাওবা! অঙাংশিংবু মুংদাং ফাওবা স্কুলদা লেগম্না? নঙবু ম'নৌরা? অসোমগী যুমদা চংতুনা য়েংলুবা ফাওবা ঙমদত্রা?"

ভৈরবনা হায়রকই, "যুম অহুদসু মহাক লৈহোদে।"

বিন্দুনা লাউহনা হায়রকই, "কদায়দনো অতোনবা মচাশিংগা চৈতেক-কোংগী শান্নরমগনি। মঙোন্দা অকী-অথং অমুক লৈবপোৎ নত্তে, হন্দক মমিং নাম্বা তাংলক্লবদি য়ুম্নুরেমবা অহল মনিং থুংজরগনি। মহ ওইরবদি মথুং তরা তিংখোক্লুনা চাগনি—চংলে', অকংবা মকমদগী থিহুনা পুরকউ।"

অন্নপূর্ণানা অচা-অথক থক্ষম কাগী খোঙ ময়াদা ফমহুনা চহি লৈশিল্লবা মুপী মঙাগা রারী শারি। মৌ অতোপ্পাগী অয়াকপা খোজেল তারক্লে।

পুং অমরোম লৈরগা ভৈরবনা লাক্লুনা বিন্দুনা খঙহল্লক্লে "অমূল্যবাবু য়ুমদা লৈহৌই, লাকউ য়াদে।"

হায়রিবসি বিন্দুনা থাজবা ঙমদ্রে।

"করিগী লাক্লিবা? ঐনা কৌই হায়রা?"

ভৈরবনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "হায়জে, অদুবু চংসি য়াদে।"

বিন্দুনা মিংকুপ অমরোম ভুশ্লিগা লৈরগা হায়রকই, "মাগী মরাল করি লৈবগে? অহৎগুম্বা মমাগী মচা ওইবা ভাবনিদনা! ঐস্ম অকনবা য়াশক শরুবসিনি, অহৎগুম্বা মমা-মচাগী মশক্ত অমুক য়েংলরোই।"

অহিং য়াম্না থেংনা অন্নপূর্ণা ময়ুমদা হল্লনবা থৌরাং লোইরে, থিল্লুনবা মাধব মশামক মনাক্তা চংলক্লে।

বিন্দুনা পর-পরপ লাক্লগা লাপ্তুক্লা লেপতুনা মপুরোইবদা অতম্বনা খোল্লেল কল্লা হায়রকই, "থিনবদি চংপিগদৌরি, ইচেম্মা ঈশিং কাওবা লৈতোন তংদে, মহু খঙবিরা?"

মাধবনা হায়রকই, "মহুদি নঙনা খঙগদবা বাকম্নি— ঐনা খঙউগদবা নত্তে। পূম্নমক মাঙ্গদোরে হায়বা উহনা ইশামক চংতুনা ইতৈমবু কৌরুহনা পুরকপনি, অহুনা হৌজিক ইশানা থিনবা চংকদৌরিবনি।"

বিন্দুনা হায়রকই, "য়াম্না মুংঙাইবা বানি! অহু ওইরবদি খঙজরে নহাকস্তু অসোয়গী মাইকৈগীনি।

মাধবনা পাউথুম পীদনা হায়রকই, "চৎলসি ইতৈমা, অমুক পম্বয়নু।"

"চৎলসি ইনাও-ইবুংঙো।

অসি হায়রগা অন্নপূর্ণানা মখোঙ খাংদোরকপমক্তদা বিন্দুনা ঙংহনা হায়রকই, "মীনা মৌ মশেল য়েংথিবৈ হায়রিন! চিন্দা খোকপা অমা হেক্তা হায়য়ু. রাহৈ তরা শেমহনা ঙাংউ—খোক হেক্তা রাশকখোকই, নুমিৎ মরিনি শুরে ইচানুপাগী মশক উহল্লক্রিবা— মসিগী বিচার ঈশ্বরনা তৌবিরক্কনি।"

অসি হায়রগা মচিন্দা কিজি নমশিন্দুনা কপ্লিংবা খাংনা খাংনা লাক্কুনা চাকশঙগী মাঙ্গোল য়ৌরকপদা মহাক রাম্হনা উপথুনদা ভুব্রে।

ইরাং-লাংনরক্লে; মাধব অমসুং অন্নপূর্ণা মখোয় অনিমক্তা মহু তারক্লে। অন্নপূর্ণামা ওনশিল্লক্কুনা লেপ্লগা হায়রকই,"করি তৌরবগে য়েংলুখিসি।"

মাধবনা হায়রকই, "য়েংলুহনা কাম্নদে, চৎলসি।"

## মাপল

থংনবগী রাকমহু নুমিৎ থরনি অসি লোংলম্মী, অমুক লোৎপা রাখিব্রে।

নোংমা ইমুংগী নুপী ময়াম মকম অমদা কম্মিয়রম্মী; এলোকেশীনা রাকম অহু কাংথোক্কুনা হায়রকই, "মৌ মশেল

খুংনপ্রে, অদুগা অহুমনা কয়দৌরিবা, মাদি অমুল্যা লাক-লাকপা য়াদত্রা? মৌ অতোপ্পীনা থোইনা মীনম্বা ভাংথিবা নত্তে— মমাগী মচা ওইবা তাবনিদনা! অপামচা কয়া কয়া উরক্লে, অমুক তৌরিমল খঙদবদি থক উজরক্তি।"

বিন্দু চোকথরবা মিংয়েংনা অমুল্যুং মঙোন্দা য়েংলম্লগা ঈকাইবা হঙ্গোইবনা মক্ক লুকথপ্রে।

এলোকেশীনা অমুক হায়রকই, "নহাক্না অদুগা য়ান্না পাম্মী হায়বা খঙই মৌ অতোপ্পী, ঐগী নরেন্দ্রনাথ অসি লৌবিরো— মাবু নঙোন্দা পীথোক্লবনি। হাংতোকে হাংতোকচরে', ককথংকে ককথংচরো, করিগুম্বা নুমিংতম্দু বা ভাংলকদবা অদুগা নত্তে মহাক— মহুগুম্বা অদুগা ঐথোয় পোক্তে।"

বিন্দু বা ভাংদনা তুম্মিন্না লৈ।

বিন্দুগী মমানা পাউথুম পীরকই। মহাক চহি য়াম্লে, জমিদারগী মচানুপীনি, জমিদারগী য়ুম্বুরেনবীনি, মহাক মীতেক-মীরো য়ান্না খঙবা মীনি। নোক্লুনা হায়রকই, "মহুবু করি বানোনে! অমূল্যদি মাগী থম্মোয়-হকচাংদা চুশিনপ্রবনি—নত্তে নত্তে, নখোয়না অহুম তৌহনা মাগী মপুক্লিং লাংতক্লহনগনু। বিন্দু, নখোয়গী থংনবসি মুমিং মিনিদগীনি নুপীমচা, মহুনি হায়হনা নঙগী নচানুপাবু করিগী মীতোপ ওইথিগদগে?"

বিন্দু মিংলু ঈরা চেন্না মমাদা য়েংহনা তুম্মিন্না কমহুনা লৈ।

সন্ধ্যা মতমদা মহাক্না কদম্বু কৌশিল্লগা হায়রকই, "করে কদম, নত্তদি লৈবদায়, নত্ত হায়গ্ন, ঐবু অহুক হাক্লা ইরাল লৈখিত্রা, মহাক্লা অহুক কনবা রাপক শকক্ম থোকপ্রনে ?"

বিন্দুনা মহাক্কা রাকম অসি নৈননবা কৌরিবনি হায়বা কদয়া পাক হেক থাজবা ওমত্রে। মহাক থোইদোক্লা নিংজিং-মাংজিংনহুনা তুম্মিল্লা লৈ।

অহুম ওইনমক বিন্দুনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, করা অমবু ওইরবম্বু চংদা নখোয়না অল্লনি, নখোয়গী রা অনিদি ঐনা তাবা তাবনি, নহাক অমুক্লা হায়বুদনা, ঐগী ইরাল অহুক হাক্লা লৈখিত্রা ?"

কদয়া মতক হাইহুনা হায়রকই, "লৈতে আজ্ঞা-ইবেম্মা, লাল্লিবনা অমুক করিনো ?"

বিন্দুনা হায়রকই, "অহুদি চংলুচোদনা অমুক্তা অসোমগী য়ুমদা। রা অম-অনি করনা হায়রুচো— নত্তগী কৌলিংতাই করি লৈ ?"

কদয়া থোনা কংলহুনা হায়রকই, "অকীবা করিম্বু লৈতে আজ্ঞা-বেম্মা, অহুবু অমুক থংন-চৈনরুবগী করি কায়গদগে ? হোৎরবদি হোৎরে !"

বিন্দুনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, কদম, নত্ত ভাব. তাক্রে— অচুম্বা রা হায়দোকহোবা ফৈ। মহু নত্রবদি, পুমুমক ঐগী ইরালনি, মাগী মরাল করিম্বু লৈতে হায়না মানা লোৎপ্রগনি।"

ভাম্বোকনি, চংখ্রো চংলো, অসিগুম্বা য়া হায়খিদত্রা মানা? ঐনা করিগুম্বা মুমিংতা মাবু শাউখিত্রা? করিগীনো মানা শেল লোয়া পীকরিবা? করিগীনো অমুক্তা খণ্ডহল্লকখিদবা?"

কদম্না হায়রকই, "ফবে হয়েং চংচকুরগে, ভসিদি মুমিং তারে।"

বিন্দুনা পেন্দচুনা হায়রকই, "মুমিং তারিবদি কদায় কদম,— নঙ ওইদবা য়ায়া ভাংই। নিংখম-থাদি ভয়া ভয়া অস্মুয়া তৌই, কনানোমা লোয়নগে হায়রগা লোয়নখোদনা— ওঃ, হাই ভৈরব তাখো, হেবোহ্ অমুক্তা কৌরকউ, কদমগা চংমিন্নহল্লুগে।"

ভৈরবনা হায়রকই, "হেবোদি বাবুনা থাউমৈ শেংদোকহল্লি।"

বিন্দুনা শংত্রিক য়েংচুনা হায়রকই, "অমুক চিঙক্তা অরংননা খুম্বা শাই।"

ভৈরব মিংয়েং অসিগী মমাংদগী চেম্বোক্তুনা নাখোকখ্রে।

কদম্ থাগ্রগা বিন্দু কা অমদগী কা অমদা হঙ্গং-হন্দা অনিরক চংলগা চাকশঙদা চংলক্রে।

বামোন মুপী মতোমদা কমচুনা চাক থোংলম্মী।

বিন্দুনা মচি অমদা কমথরগা হায়রকই, "নঙদি অকবা মুপীনি, নহাকমকপু সাক্ষী ওইহনগনি— শেংনা হায়য়ু, কনাগী মরাললা হেনবগে?"

চাকথোংবীহ্ ভাব তাবা ভমত্রে, হায়রকই, "করিবুনোনে ইবেম্মা?"

বিন্দুনা হায়রকই, "নুমিৎ অহুগী য়ানিনে। শুপ্নগী মসিদা হায়খিবনি, অমূলাদা মরক অসিদা শেল পীখিত্রা? খঙদবা কনা লৈতে অঙাংশিংগী মখুত্তা শেল-থুম পীবা ফত্তে হায়বা। অস্মুয়া হায়বা য়াবনি, অমূলানা নিঙাই তৌবহুদা পীখিবনি, অহু ওইরবদি য়া শাংলম্লোইদবনি। মহুদা য়া অহুক হাক্লা চাউথোকহনখ্রিবা বরিগীনো, অহুগা অহুগুম্বা য়াশক শকখ্রিবনা করিগীনো। কোল খরা পুন্না থম্নদা মখোল থোকপদি হৌনশানি; অহুগী মথক্তা ঐখোয়দি মী ওইবনি! মহুনি হায়হুনা অহুক কনবা য়াশক শকখ্রিবা! মহাক অহুনা ইমুংগী অমত্তা ঙাইরবা ইচা-থারানি— মাবু পন্দুনা য়াশকখ্রিবা! ঐনা নত্তে সা হায়রিবসিনি, মপোক অসিদা অমুক হন্না মাগী মশক য়েংলরোই। য়েক্লবদদি হন্না য়েংবা য়াই, মাগী মাহৈকেদদি মাই শুনগ্ররোই।"

বামোন নুপীহু মহৌশানা য়া কয়া ঙাঙন্দে, মহাক করিস্নু খঙদহুনা তুম্মিন্না লৈগ্রে।

বিন্দুগী মমিং অনিমক পীনা থুমহংলক্লে। মপী শৎ তৈথোক্লগা ফাজিল্লবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "শাউরিঙৈদবু য়াশক্তুবা কনা য়াউবগে? মহুনি হায়হুনা ঈশিং মরিক অমা ফাওবা লৈতোন তংখিদে। অঙাংহু ফাওবা লাকহনখিদে! অসিগুম্বসিবু অহল অমা ওইবগী থবক্লা? কনা হায়হুনস্নু ঐদি মখোয়দগী অঙাং ওইরিবনি, লৌশিং য়াংলিবনি, ঐ করিগুম্বা মানা হেক পোকপা মচানুপীমক ওইরম্লবদি করি তৌরমগদগে?

ঐম্বু মহুম্না মাগী মমিং কৈদৌঙৈদম্বু পনগ্রম্নোই, নখোম্ব মহ্ উরকনি য়েংজো।"

অহুম ওইনমক বামোন নুপীহ্ তুম্মিম্না লৈ।

বিন্দুনা ম্না মথা তাথরকই, "অহ্ গা মানদি রাশকপা ওম্নগা ঐদি ওম্নোইদ্রা? হয়েং করিগুম্না অসোম্বগী য়ুমদা চংলগা হূ তেঙ্গোং অমা থারক্রবদি ঐবু কাংপা পাপ পু হায়কররবদি কমদৌগদগে? ঐ মুমিং নিনি তুম্মিম্না লৈখিগনি, মহ্ গী মতুংদা ম্বাহ্ হায়কুরগা হায়রুরে, নগ্রগনা ইশানা হূ থকচরগা ইচেনা থারকপনি হায়গনি। য়েংগে মম্নাম্না মাবু তুকচনব্রা তুকচনদব্রা! মাগী নাপল তেকপ্রা তেক্রব্রা!"

বামোন মুপী অহুনা কীরক্রুনা খোঙ্গেল পিক্না হায়রকই, "হৌনদে ইবেম্মা, মহ্ গুম্বহ্ খনবা হৌনদে— খংন-ৈচনবা হারবসি কুম চুপ্পা অহুম লৈগদবা নত্তে— মথাক্কু নথাকপু থাদোক্রুনা লৈবা ওম্মোই, অমূল্যধনম্ব ওম্মোই। মুমিং খরনি অসি মথাক কমদৌনা লৈরমগদগে মহ্ দনি ঐখোম্বনা খল্লিবা হারবনু।"

বিন্দুনা ফিঙ্গংনা হায়রকই, "মহ্ হায়গদবনি। শোম্বদনা মাবু ফুবি-চৈবিহুনা কীহন্দুনা থম্নমগনি। ঐগা নম্নবদি অহং অম্না কাওবা তুম্বা ওমজদবনি, ওসি মঙানি ওম্নে। মীকওবী মাগী মথক ঐনা অমুক য়েংলুখিগদ্রা! হাম্বহিবহুনি, য়েক্নবগী মাইকৈদি হম্না য়েঙ্গনি, মঙোন্দদি মপোক অসিমগী অমুক য়েংগ্রম্নোই।"

বাযোন সুপীহুনা মপাগী খুদাংদা অমুবা দাগ অমা উংলহুনা হায়রকই, "মসি য়েংউ ইবেম্মা, মসিদা থামহুনা লৈরিবসে। নহাক্না য়াম্নবা অহিং অহৌগী রাদি থডলিরোই। অমূল্যধন কদায়দগীনো চেনশিল্লক্লগা নহাক্কী নথক্তা কোন্দুনা কয়াদা থীনা কপপ্রবা। মহাক্নুদি মহুঞ্জসহ্ কৈদৌডৈদসু অমুক্তা উথিজ্রি, অহুনা ইমাতোন শিরে কায়। নহাক্কী মাই-মিৎতা ঊশিং থাহক্নে, হুমাই হুমহন্দে— ঐনা চিংথোকপা চংলুবদা ঐডোন্দা চিক্রকই; মযাহললমসু চিংথোকপা চংলুই, মডোক্না খোংপগা চিকপগদা মফি-মরোল পূমশে শেগায়থি: ময়াম অনাবা সেবা তৌত্রা হায়ববু মহাক ল ক্লুবদা অচৌবা থবক অমা ওইথি। মমৈথংদা মী মরি-মঙা চংহুনা চিংথোকথি।"

বিন্দুনা মমিং কুপ্তনা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংহুনা য়াশিং অসি তাম্লকই; অহৌগী মতুংদা শাংলবা নুংগা মপী অমা হোন্দোক্লগা হৌগৎতুনা তপ্না তপ্না চংখিহুনা মশাগী কাদা চংলগা খোঙ লোনশিন্দুনা হিপক্রে।

## তরা

তুমিং মরিনিগী মতুংনি, বিন্দুগী মপা, মমা, মনে অসিন-চিংবন। হনশিগদবগী মথাংগী তুমিংক্তা য়াম্নক্লয়বা মতুংদা বিন্দু কমুংদা তুশিন্না হিপ্রি। কদম্না হুমাই হুন্নি, অতৈ কনাসু লৈক্তে।

বিন্দুনা ইঙ্গিত তৌহুনা মহাকপু খরগা অমুক চংশিনরক্লগা খোঙ্গেল পিক্লা হায়রকই, "কদম, ইচে লাক্লব্রনে?"

কদম্না হায়রকই, "লাক্লে আঙ্গা-বেম্মা, ঐখোয় মী অমুক য়াম্না লৈনা লৈনা মহাকপু অমুক য়াহল্লগদৌরিবা করিগীনো?"

বিন্দুনা ঙাইহাক চপ য়ুংনা লৈরগা হায়ংকই, "মসি নখোয়গী অরানবনি কদম। থবক খুদিংমক্তা লগাই নবুদ্ধি শিজিন্নবা হোংলৈ। অমুম তৌহুনা মোংমা নখোয়না ঐবু হাংকদৌর হায়বা উরে। পুম্না তৌবা নুমিং অহুদম্মু নখোয় মমাম অমা লৈরিবনি, করি তৌবা ঙমখিবগে, নখোয়না খৌগাজ্রিবা মহাক অহুনা য়ুম অসিদা মখোঙ থাংজিল্লক্লিদ্রেদা? হাই, নখোয়গা মহাক্লা চাংদম্নরিব্রা? মাগী খুৎনাওবীগী মপাঙ্গল অহু কাওবা ইমুং অসিদা লৈরিবা নখোয় পুম্নমক্লা ফংবা ঙম্বা নত্তে।

বিন্দুগী মমানা কা মমুংদা চংলক্লগা হায়রকই, "ইয়ানু পানম্মু য়ারে, নঙম্মু নুমিং খরনি ঐখোয়গা কোইমিন্নক্লসি।"

বিন্দুনা মমাগী মাইথোংদা য়েংহুনা হায়রকই, "ঐনা চৎপ-চংতবা মাগী অম্না-য়াদগী মখা পোনব্রনে ইমা, মহাক্লা হায়রগা হেক্লা চংকব্রা? ঐগী য়েক্লবগী য়াথং ফংদনদি কমদৌনা চংকদগে?"

মমানা ভাব তাবহুনা হায়রকই, "নঙগী নচেমগী য়াম্না হায়রিবহবু? মাগী য়াথং অমুক লৌনিংঙাই ওইব্রে। তোঙান তানহুনা লাক্লবনিনা নপুরোইবনা হায়রগা লোইরে।"

বিন্দুনা মস্তক হাইরদুনা হায়রকই,"নত্তে, ইমা, মহ য়ারোই। হিংলিবমখৈদি মকম অমদবু লৈরবস্থু মহাক্না পুয়মক্কি। অদুগা কনা তৌহুনন্থু মঙোন্দা তাক্লমদনা চংপা ঙম্মোই—আজ্ঞাহলনা মহ ওইরবনি বারোখিগনি।"

এলোকেশী হৌজিক্কা চংলক্কুনা বা তাররি, হায়রকই, "ঐনা হায়নিংবদি নহাক চংলুচো।"

বিন্দু বা অসিগী পাউথুম পীদে।

মমানা হায়রকই, "কয়েনে, নত্রগনা মী থাহনা মাগী বা লৌহল্লুচোদনা বিন্দু!"

বিন্দুনা ঙক্কুনা হায়রকই, "মী থাহনা? মহনা অমুক হেন্না কজয়রোই ইমা! ঐ মাগী মপুক্কিং খঙই, মচিন্দদি হায়রকনি, 'চংলুচো,' অদুবু থম্মোয়দদি বারোহনা লৈখিগনি, নত্রগদা আজ্ঞাহলদা বা থরা শাজিন্দুনা তমখিগনি— নত্তে ইমা, নখোয় চংত্রো, ঐ চংপা য়াররোই।"

মমানা অমুক তক্লত্রে, চংত্রে।

হন্দক্তি হাংলবা য়ুম অদুনা মিংকুপ খুদিংগী মহাকপু য়োংকদবগী মন্না কারকই।

মহাক মপুক্কিং তয়াং-তশোয়না কোইচং চংলুরগা অদুম গুবা মরোলগী কা অমদা চংলক্কুনা লেপ্লয়ে। ভুংদা করিগুম্বা মতম অমদা মচানুপাগা মমোগগী ওইহনগদৌরিবনি হায়দুনা কা অসি মহাক্না শাহনখিবনি।

মক্কম অসিদা চংলকপদা মহাক করিগুম্বা মওংখল্লু মপী খিংবা ঙমখিন্নে। মখাদা কুমথরকপদা লল্মীদা মপুন্নোইবনা খেংনবমক্তদা মহাক্না হায়দোকখ্রে, "করি কমদোবা ভাবখগে অহু ওইরবদি ?"

মাধবনা ভাব তাবা ঙমদ্রহনা হায়রকই, "করিবুনো ?"

বিন্দুনা পাউথুম অমুক্ পীবা ঙমদ্রে। খুদক্তা মুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, চৎপিরো— করিস্থু নত্তেদা।"

মথংগী মুমিংকী অয়ুক্তা মপালগী কাদা কমহনা থবক তৌরি, ইখঙ খঙহৌদমা বিন্দুনা ইমুংদা চংলক্লগা কপ্নিংবা খাংলহনা হায়রকই, "আজ্ঞা-হলবু থবক অমুক তৌরব্রা ?"

মাধবনা য়েংথোরক্তনা হায়রকই, "হুঁ।"

"হুঁ হায়রবদি করিনো ? হৌজিকপু থবক তৌবগী চহি মতাংলা ?"

মাধবনা হান্নগুম চেদা মিংয়েং থম্লহনা হায়রকই, "থবকপু চহি মতাংগীদমক্তা তৌব্রা, থবক তৌনরিবদি অরাং-অপাগীনি।"

"মহাকো অরাং-অপা লৈগদৌবিবা করিগীনো ? ঐথোয়বু মীভোপ্লা, ঐদি খংনরুরে, অরুবু নহাক্তি মাগী মনাও নত্রা ?"

মাধবনা হায়রকই, "ইমা তৌরদবা ইচিল-ইনাওনি— পোকমিন্নবা নত্তে।"

ঙিন্নুনা চপ য়ুংনা লৈরুরগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "নহাক হিংনা হিংল্লা মাবু খবক তৌহল্লগগে ?"

মাধব হন্দক্কি মমাই নোনখংতুনা মাগী মুপীদা য়েংলকই, অদুগী মতুংদা অচম্বা অতপ্পা খোল্লেননা হায়রকই, "কল্লিগীনো খবক তৌহল্লোইদৌরিবা ? সংসারদা মাগী মাগী লাইবক পুহনা লাকপনি, মতৌ অদুম্না ভোগ চারিবনি, মহুগী অহিংবা সাক্ষী ঐ ইশামক্কি। কৈদৌঙৈ ইমা-ইপা শিখিবগে হায়বা খঙবা ফাওবা খঙহৌদে ; ইতৈমগী মকমদগী তাখি, ঐখোয় য়ায়া লাইরবশি, অদুবু করিগুম্বা মুমিংতম্ন্ন লৈত-লাইরগী মনিল ফাওবা ফংলমদে। কদায়দগীনো লু-হেল্লবা ফি-ৱোল খাদরকই, কদায়দগীনো স্কুল-কলেজগী খাগী ফি, লাইব্রিকী মমল, জেপ খরচ খাদরকই, মহু ঙসি ফাওবা হায়বা ঙমদে। অদুগী মতুংদা ঐ উকিল ওইহনা শেল খোইনা য়ামদবা ফংবা নত্তে। চৈরক অদুদা কদায়দগী কমদৌহনো নহাক শেল চবুল অমা পুহনা য়ুমদা লাকই,— অসিগুম্বা বিল্ডিংমু শারে— অদুম ওইনমক, দাদাদা য়েংউ, মতম চুম্না মনা-মনিল নাইদনা শক্ল-শয়াং ত্তেকপমথৈ শুরক-নোম্লক্লিবনি, শেগায়বা কি ফোংতুনা শেংলি— নিংথম খাগী মতমদন্ন মাগী মনমদা ফি ইনবা করিগুম্বদা উরক্কে— নোংমদা চরা অমা চখোম অনিদং চাহনা শুপ্লগী ঐখোয়গীদমক্তা— বা পুম্নমক অহ নিংবা ফাওবা নিংশিংত্রে, নিংশিংলুবগী কায়বস্ত উংদে— শুপ্লগী মুমিং খরনিদংঙি

পোথাবা ফংখি, ঈশ্বরনা মহ শেন্দোম-শেন্নেপ পুম্না লৌখংলিবনি।"

অসি হায়রগা থঙহৌদনা মহাক্না মমাই লৈশিন্দুনা দরকার ওইবা চে অমা থিবা হোৎনরকই।

বিন্দু চময়ঞ্রে, নুংবংনঞ্রে। মপুরোইবমা কয়া থীবা মীচৈনা হৌখিবা মতমদা চৈ-থাংখিবা মহাকী থম্মোয়দা মমি করিমত্তা তাখিদে, অহবু ঙসিগী অচম্বা রাহৈ থয়া অসিনা মাগী থম্মোয়হ শাথীনা ওৎথায়রক্লে। মহাক মক্ত লুকথহনা কমহনা লৈঞ্রে।

মাধবনা চেহ থিনা থিনা অয়াম্বনা মতোমদা শোঙবগী মওংদা হায়রকই, "থবক্লি হায়বা য়াই থবক! রাধাপুরগী জমিদারগী ওফিস কাথোক-কাশিন তৌরিবসি যুথক (ক্রোস) তরুক্লোম্নি— অয়ুক পুং মরিদগী চৎলগা মুমিৎ চুপ্পা চরা হেন্নগা মুমিদাং থেংনা হন্নরুগা চথোম অনিথক চাই, থাদা লুপা তরানিথোইনি।"

বিন্দু মতু চুংলক্লে,— "মুমিৎ চুপ্পা চম্মা হেনবা! শুপগী লুপা তরানিথোইথক!"

"হোয়, লুপা তরানিথোই! অহল ওইরে, মহগী মথক্তা কানি চাবা মীনি, শঙ্গোম থজিক-থরাক কাওবা ফংদে; থঙলে, অম্ুক কুইরবগী তুংদা ঈশ্বরনা চানবিহনা দাদাগী তাইবং লীলা লোইশিনবিননবা উপায় শিনবিরক্লবনি।"

বিন্দুগী মমিৎতগী মপী মতুম মতুম শিম্বরক্লে অমম্বুং করিগুম্বা মুমিৎতা তৌখিঞ্রিবা অহম্ম তৌরক্লে। মোম্বহনা

মপুরোইবগী মখোঙ কোন্দুনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "নখোঙদা ভুজরি, অনাবা মীশক্তা অহুম্না তৌরবদি হুমিং নিনি কাওবা হিংলরোই।"

মাধবনা মমিংতগী মপী করিগুম্বা মওং অমদা তৈথোক্লগা হায়রকই, "ঐনা করি উপায় তৌগদগে? ইতৈমদি ঐখোয়গী চেং মরু অমা কাওবা লৌ হায়বা য়াবরোই; করিনো অমা তৌরবদি মখোয় কদায়দগী হিংবা য়ারগদগে?"

বিন্দুনা ফুনগংলবা খোন্থোক্তা হায়রকই, "মহু ঐ খঙজদে। তাথিবিরা, নহাক্তি ঐগী ঈশ্বরনি, মহাক্তা নঙোন্দগীদু হেন্না য়াংলিবনিনে! নত্তে নত্তে, রাকস অহু থম্বা য়াবা নত্তে, রাকস অহুবু—"

বিন্দু অমুক রা মথা তাথবা ঙমদ্রে।

মাধবনা হায়রকই, "অহুনিনে, অমুক্তংদি ইতৈমগী মমাক্তা চংলুচো। মহাক্তা য়াম্নোদনবা, পেনবিনবা অহু তৌরুচো। ঐগী খোঙ কোন্দুনা হুমিং চুপ্পা ফমহুনা লৈরবস্থ উপায় লৈরোই!"

বিন্দুনা খুদক্তা মখোঙ কোনবা থাদোক্তুনা ফমথরগা হায়রকই, "খোঙ কোনবা ঐগী হৈনবী নত্তে। হৌজিক খঙজরে, করিগীনো অহিং অহুদা ঈশিং কাওবা লৈতোন তংদনা চংথ্রিবা, অহুম ওইনমক নহাক্তা পুম্নমক খঙন-উনা য়েক্লবগী মতৌগুম তুম্মিন্না লৈথোকপিরি। ঐগী ইয়াল হেনগংহল্লবনি মহাক্তা রা তাংবিমন্দবদগী!"

মাধবনা চে-চাংদা মপুক্কিং চংলুরগা হায়রকই, "নত্তে। বিন্নু অহু ঐগী দাদাগী মকমদগী তম্রকপনি। ঈশ্বরনা শিনবিসন্নু, মতৌ অম্বুয়া ছুশিন্দা নৈনা নৈন। নোংমা চংখিবা ওয়রবা।"

বিন্দুনা বা অমুক ঙাংদ্রে। হৌগংখিহনা মশাগী কাদা চংলগা থোঙ লোন্দুনা ছুহনা নৈখ্রে।

মাধবনা হৌগংকদবগী ত্তৌরকপা মতম অহুদা বিন্দু অমুক লাক্কুনা কা মঙুংদা চংলক্লে। মহাক্কী মমিং অনিমক ঙাংই। মাধবনা মুংশিবিরক্লে, হায়রকই, "চংলুচো অমুক্তা মাগী মনাক্তা। মাবু থঙলিবহনি, অমুক্তা চংলগা মথাংদা লেপ্ত্তা লেপ্প্রুচো, পুয়মক ঈংখিগনি।"

বিন্দুনা থোইদোক্না হায়জ-নোঙবগী থোঙ্গেলনা হায়রকই, "নহাক চংশিক্ক—তাখিবিত্রা, ঐ ইচা মুপা পন্দুনা রাশক্লিবসিনি—"

মাধবনা মহাক্কী মপুক্কিংগী ভাব থঙলহনা হাইকেং ফিংনা হায়রকই, "কনা রাশক্তুনম্ভু ঐ দাদাদা হায়রকুবা ওম্মোই। মহাক মশানা হংলক্লবদি হায়বা ওবগনি, অহুক থোনা করুবদি ইওক করুবম্বু ওম্মোই।"

বিন্দু অগ্নম ওইনমক লেঙখিত্রে।

মাধবনা হায়রকই, "চংলুবা ওম্মোইত্রা?"

বিন্দুনা পাঙথুম পীদে, মরু লুকথহনা তপ্না তপ্না চংত্রে।

# তরামখোই

য়ুমগী মমাংদা স্কুল কাননবা লম্বী লৈ। অহানবদা মুমিং কয়ানি অমূল্য ছাটিয়া থজিন্দুনা লম্বী অসিমক্তদা চংখি, অসি মিনি চুম্লসি অঙাংবা মচুগী ছাটিন অহু লম্বীগী চিদায়দা চংখিদে। মেংমন্দুনা বিন্দুগী মিংলি নায়ক্তুনা পী তারক্লে, অহু ওইরবস্তু মনাক ছাদ মথক্তা কমহুনা অহুম মিংয়েং কোংদনা লম্বীদা মেংহুনা লৈরি।

অমুক পুং মাপল-তরাগী মতমদা মওং কয়াগী ছাটিন ভুপ্তুনা লুপামচা কয়া মখোঙনা চংখি; স্কুল ছুটি থারবা মতমদা অঙাং কয়া লম্বী অহুদা হল্লকখি; অহুবু থূচং অহু, ছাটিন অহু বিন্দুগী মমিংতা উখিত্রে।

মহাক্না সন্ধ্যা মতমদা মপী তৈতখোক-তৈতখোক্তুনা কুমথরক্লগা নরেনবু মরুমদা কৌশিল্লগা হংলকই, "হোয়নে নরেন, মসিদি স্কুল চংননবা অচুম্বা লম্বীনি, অহুগা করিগীনো মহাক মাইকৈ সোমদা অমুক চংলত্রিবা?"

নরেন ছুম্মিয়া লৈ।

বিন্দুনা হায়রকই, "বনহুম ফবনি, নখোয় নচিন-ননাও অনি বারী শাহুনা চংখোক-চংশিন তৌমিন্নবহু।"

নরেন মহাক মশামক্তি অমূল্যবু য়ায়া য়ুংশিৈজ, ত্তুশ্মিন ত্তুশ্মিন হায়রকই, "মহাক ঈকাইহুনা অমুক চৎলত্রবনি ইনেত্তোন, অসোমদা কোইথোক্লুনা চৎলি।"

বিন্দুনা য়ানা নোকশিন্নহুনা হায়রকই, "মামা অহক হাক্লা ঈকাইরিবদি করিগীমোনে? নত্তে নত্তে, নগুনা মত্তোম্দা হায়যু, মহাক লম্বী অসিদা চৎলনবা।"

নরেন্না মঙক হাইহুনা হায়রকই, "কৈদৌঙৈদম্ব চৎলরোই ইনেত্তোন? কৈদৌনা চৎলোইদৌরিবনো খঙত্রা?"

বিন্দুনা মপুক্লিং লাংতক্লুনা হায়রকই, "করিগীনো?"

নরেন্না হায়রকই, "নহাক্লা শাউরোইত্রনে?"

"শাউরোই।"

"মখোয়গী য়ুমদা অমুক হায়হল্লুরোইত্রা?"

"হায়হল্লোই।"

"ঐখোয়গী ইমাদম্ব হায়দোক্লোইত্রা?"

বিন্দুনা মপুক্লিং চয়াংলনা হায়রকই, "নত্তে হায়দোক্লোই, হায়রোসে— ঐ কনাদম্ব করিস্থ হায়দোক্লোই।"

নরেন্না ত্তুশ্মিন ত্তুশ্মিন হায়রকই, "থার্ড মাস্টরনা অমুল্যগী মনা শাথীনা লৈবিখি।"

মিংকুপকী মন্নুংদা বিন্দুনা মৈ হৌনা শাউরক্লুনা হায়রকই, "করিগী লৈরিবা? মশাদা থুং থাবা য়াদে হায়হুনা থিংখিবা নত্রা?"

নরেন্না মখুং-মশা হাইদুনা হায়রকই, "মাগী দোষ করি লৈগনি ইনেত্তোন, মাদি মীনৌনি। ঐখোয়গী মীনাই হেবো খোরাবাড়ু মহা খগ্রক্লি, মানা লাক্লগা ইমাদা তমখোক্লিবনি। ঐখোয়গী ইমাদুদু খোইনা হন্থবা খগ্রক নত্তে, ইনেত্তোন, মহাক্না ওঝাদা হায়রুচো হায়দুনা হায়খিবনি, অদুনা থার্ড মাস্টরনা অদুক শাথীনা মনা লৈখিগ্রিবনি,— মওং কমদোনা মনা লৈখিবগে খঙত্রা ইনেত্তোন— অম্মুম্না তৌদুনা—"

বিন্দুনা মহাকপু খুদক্তা খাম্লগা হায়রকই, "হেবোনা করি হায়দোকউরিবনো ?"

নরেন্না হায়রকই, "কনানা খঙনি ইনেত্তোন, হেবোনা টিফিনগী মতমদা ঐগী চানবা হেক হেক পুরকইদনা, অমূলানা চেনশিল্লক্লগা হায়রৈ, অচাপোংত্তু করিনো য়েংসি নরেন-দাদা? ইমানা মত্থ তারক্লুনা হায়, অমূলানা মিংয়েং চংলে।"

"কনামন্থ অমূলাগী অচাপোং পুরক্ত্রা ?"

নরেন্না মরাইবক্তা মখুং শোক্লুনা হায়রকই, "কদায়দগী ফক্লদগে ইনেত্তোন, মখোয়দি লাইরবা মীনি, মহাক্না পকেটতা হাপত্তুনা কাংঙৌ-মুঙৌ খরা খরা পুদুনা লাকই, অদুনা টিফিনগী মতমদা অসোমগী উখোঙদা লোংত্তুনা ফমদুনা চাই।"

বিন্দুগী মমিংত্তা য়ুম-কৈ সংসার পুম্নমক উক্ল-ক্ল লৈরক্লে; মহাক্না মকম অহুমক্তদা কমখরগা হায়রকই, "নরেন নহাক চংঞো।"

অহিং অহুদা কৌথোক-কৌশিন য়াম্না তৌনরবা মতুংদা বিন্দু চাক চাবা ফমে, অহুবু করিগুম্বা মওংদস্থু মচিন্দা চাক ছুকপদি ঙমখিদে, মমৈথংদা মশা ঙমদে হায়রদুনা হৌগংখি।

মথংগী মুমিত্তস্থু চরা পুমহেল হেল্লি হায়বা য়াই, তুম্মিন্না হিপতুনা লৈ, অহুম ওইনমক কনাদস্থু করিগুম্বা বা অমত্তা হায়রুবা ঙমদে, উপায় থিবস্থু অমত্তা ফংদে। মহাক্না গুপ্পদগী চিংনজরকই, তুংদা মীয়া ঙাংলুরবদি মহাক মশাগী মরাল হেনগংকনি।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা মপুরোইবনা চাক চাবা ফম্লবা মতমদা হৈনরকপগী মতুং ইম্না মনাওা চংশিল্লক্লুনা ফমে, অহুবু অতোপ্পা মাইকৈদা মমাই লৈথোক্লুনা লে। বরিগুম্বা মথলগী অচা-অথকী পোৎ অমত্তদা ঙরাংদগী হৌনা মহাক্না হম্না য়েংলুবা ফাওবা ঙম্লক্লে।

ইমুংদা থাউমৈ থাল্লি, মাধব মমিৎ উইশিন্দুনা তুম্মিন্না হিপতুনা লৈ, বিন্দু চংলক্লগা মখোঙ ময়দা ফম্লরে। মাধবনা মমিৎ পাংথোক্লুনা য়েংলগা হায়রকই, "করিনো?"

বিন্দুনা মরু লুক্না মপুরোইবগী খোঙশা অমা থেক্লুনা শাম্নরকই।

মাধবনা মাগী মুপীগী রাখলহু ভাবনা শাক্লবদা মপী ঈরা চেল্লক্লুনা হায়রকই, "ঐ পুম্নমক খঙই বিন্দু, অহুবু ঐগী নাক্তা কপ্লরগা করি কাম্নগদগে? মাগী মনাক্তা চৎলুচো।"

বিন্দু তশেংনমক কপ্লম্লিবনি—হায়রকই, "নহাক চংপিরুচো।"

"ঐনা চংলগা নঙগী রা হায়রুগদবা, দাদা তাখিরোইগ্রনে?"

বিন্দুনা রা অহুগী পাউথুম পীদনা অহুম হায়রকই, "ঐবুদি হায়জরিবসিনি, ঐ লানগ্রে— ইশানা ইরাল য়াজরি, নহাক্না মখোয়গী মফমদা থরা তম্বিরু।"

"ঐ ঙম্মোই।"

অসি হায়রগা মাধব অসোমদা য়াওন্দুনা হিপগ্রে।

বিন্দু অমুকস্ু ফনা কুইনা আশা তৌহুনা ফমহুনা লৈ, অহুবু মাধবনা অমুক করিগুম্বা রা অমত্তা ঙাংলক্রুবা মতম অহুদা মহাক হৌগংহুনা তপ্না তপ্না চংগ্রে; মপুরোইবগী মঙং অঙ্দা মহাক্কী থম্মোয়-মুংগী চিদায় অমদগীনা চিদায় অমা ফাওবা মপুক্কিং নুংশিবগী অকনবা ঈথক অমনা চীংজাওগী মতৌগুম মিংকুপ অমগী মমুংদা কৈগাক কৈনা থিংগ্রে। ঙসি মহাক্না চিংনবা লৈতনা থঙলে, মহাকপু ময়াম পুম্নমক্না ত্যাগ তৌবিরে হায়বা।

থংনবা মুমিংকী নোংঙানবগা যাদবনা মৌ অতোপ্পী চংননবা অয়াবা পীহুনা চিঠি অমা থারকই। বিন্দুগী মপাবুং নারি, মহাক খিল্লুদনা যাত্রা তৌগদবনি।

বিন্দু মপী ঈরা চেন্না পাড়োদা কাথংহুনা ফম্লরে।

বামোন মুপীদুনা গাড়ী মনাক্তা চংশিল্লকপা হায়রকই. "পাবুং নাবা হেক কবগা থুনা হল্লকঙকো ইবেম্মা।"

বিন্দুনা কুমথরক্লুনা মহাক্কী থুন্না-উফুল লৌরববদা মহাক খোইদোক্লা নিংজিং-মাংজিংনরক্লে।

বিন্দুনা মতৌ অম্মুয়া খুক্রুম্বা, মতৌ অম্মুয়া নোল্লুকপা কনানম্মু করিগুম্বা মুমিংতম্মু ঙখিদ্রি।

থুন্না-উফুল লৌবগা বিন্দুনা হায়রকই, "নত্তে ইচে, ফনা অমবু ওইরবম্মু নহাক ব্রাহ্মণ নিঙোলনি, চন্দিা অহলনি— আশীর্ব্বাদ পীবিয়ু, অমুক হল্লক্কনবা, চংলিবা অসিনা ঐগী অরোইবা খোঙচং ওইননবা।"

বামোন মুপী অহু মচুগী পাঙখুম করিমত্তা পীবা ঙমদ্রে— বিন্দুগী মাং কংশিল্লবা কাহংলবা মাইথোংদা য়েংচুনা কপথোরক্লে।

এলোকেশী মকম অচুদা লৈ, তকিং তফিং হায়রকই,"মচু করি মানো ইনম্মা? মমা-মপা কনাগীম্মু না-য়েক্রুদত্রা?"

বিন্দুনা পাঙখুম পীদে, মমাই লৈখোক্লপা মপী তৈখোরকই। ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই, "নহাকপুম্মু নমস্কার তৌরি ইচল-ইবেম্মা— চংলে ঐ।"

মচলমুপীনা হায়রকই, "চংলো ইনম্মা, চংপিরো! ঐ মুমদা লৈহৌরি, পুরমক য়েংশিন-খোংচিনহৌবা ঙমগনি।"

বিন্দু অমুক মা ঙাংখিদ্রে, কোচমেয়া গাড়ী থৌগ্রে।

মসিগী মমাংদা করিগুম্বা সুমিৎ অমত্তদসু বিন্দুনা অমূল্যবু ছন্দোক্রমহুনা মপামদা চংখিবা লৈতে— ঙসি থা অমা হেল্লক্রবনি মহাক্কা মচানুপাগী মশক অমুক্তা নিংথিনা উবা ফংলক্লিবা— মহাক্কী অবাবা অন্নপূর্ণানা খঙই।

অহিংদা অমূল্য মপাগী মনাক্তা হিপতুনা তপ্না তপ্না ৱারী শান্নি।

মখাদা থাউমৈগী মঙাংদা অন্নপূর্ণানা কাপ্পা ফোংনা ফোংনা লুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "নত্তে। নত্তে! চংলমদায়দা চংলিবা অসিনা অরোইবা খোঙচংনি হায়রম্বা হায়ত্রা করিনো! ইমা-ইবেম্মা দুর্গানা ঐগী ইচানুপী শক্কবী ইনাওনুপীবু মকোক কাওবা চিকহন্দনা হলহনবিরকপা ওইহনবিসনু।"

ৱাসি তারহনা যাদবনা হৌগৎতুনা ফম্লগা হায়রকই, "হৌবদগী লোইবা কাওবা থবক্তু চুমদ্রবনি মো অহল। ঐগী সুপীমচাবু নখোয় কনানসু মুন্না খঙবা ঙমদে!"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "মাদি অমুক্তসু ইচে হায়হনা লাক্কে। মাগী মচানুপাবুসু নমহনা চিংহনা পুথিবা ঙম্মিবনি, মহুসু তৌরদে! সুমিৎ অহৃদা সুমিৎ চুপ্পা নোম্মুরবা মতুংদা যুমদা হল্লকপনি— থোক ওন্থোক্তুনা অকনবা ৱাহৈ কন্না কন্না তাহল্লকখি।"

যাদবনা হায়রকই, "ঐগী সুপীমচাগী ৱা শুপ্নগী ঐদনা খঙলমাল্লে! অহুবু মো অহল, মসিবু করিগুম্বা ডাকপিবা ঙমজবদি

অহল ওইরুরিবা করিগীনো ? নঙন্না অমহানি, মাধবস্থু অমহানি, নখোয়না কাহুনা পুনশিন্দুনা ঐগী ঙুপীমচাগী মথরায় লৌগদৌরি।"

অন্নপূর্ণাগী মমিৎতগী মপী তপ তপ তারক্লে।

অমূল্যান! হায়রকই, "বাবা, ইমাতোন লাক্লোই হায়রিবা করিগীনো ?"

অন্নপূর্ণানা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "চৎলুগেরা, নঙগী নমাতোনগী মনাক্তা ?"

অমূল্যনা মঙক হাইহুনা হায়রকই, "তলি।"

"তলি হায়রিবা করিগীনো ? নমাতোন নঙগী নখোখোয়দা চৎখি, নঙন্দু হয়েং চৎলু।"

অমূল্য তুম্মিন্না লৈ।

মাদবনা হায়রকই, "চৎলুচোদনা অমূল্য ?"

অমূল্যানা খোন্দা শ্রু শ্রু নৈহুনা হায়রকই, "চৎলোই।"

নোংঙাল্লমদায় মল্লিনৈঙদগী মাদব থবক মকমদা চৎননবা মুংতিগী শেম-শাই।

মুমিৎ মঙা-তরুক্লিগী মতুংদা অহুগুম্বা নোংঙাল্লমদায়দা মহাক শেম-শারগা রাখল অমদা তাউনা হিদাক থক্লি।

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "মতম থেংঙ্গ্রে।"

মাদবনা কিংনা তো.জৈহু থরগা ফুক হৌগৎলগা হায়রকই, "ঙসিদি পুক্লিংসে ইনুং-মুংঙাইতে মৌ অহল, ঙরাং অহিং ঐগী

মুশীরচা থোঙ অসিগী মরুমদা চংলক্লুনা লেপ্লম্মী। দুর্গা! দুর্গা!"

অসি হায়রগা মহাক মপালদা থোকপ্লে।

অয়ুক্তা অন্নপূর্ণা য়াম্না চোকথবা মওংদা থবক যোগ্নি, অসোমগী য়ুমগী মীনাই লাক্লগা পাউ পীরে, "বাবু ওয়াং অহিং করাসডাঙ্গাদা চংপ্রে— আজ্ঞা-বেম্মা য়াম্না কন্না নারে হায়ত্রা কব্বিনো।"

মপুরোইবগী রাহু নিংশিংলক্লুনা অন্নপূর্ণা থম্মোয় পুবা য়ারক্লে—"কবি লায়নানোনে?"

মীনাইনা হায়রকই, "মহুদি থঙজদে ইমা-বেম্মা, মতৌ কমদৌহুননো রাহ্ন-রাহ্নহুনা শাথীবা মওংগী অকনবা লাইনা ওইরমাগ্নে।"

সন্ধ্যা মতুংদা মযুমদা হল্লকপদা পাউ অসি তাবদা যাদব কপ্লকই, হায়রকই, "কয়াদা পামজনা সনাগী প্রতিমাবু য়ুমদা পুরকখিবনি মো-অহল, ঈশিংদা তাউহনপ্রবোইরে? ঐ হৌজিকমক চংকনি।"

থরায় য়াবা অমদি নীংঙমদবনা অন্নাপূর্ণাগী থম্মোয় কায়গদোরবনি; অমূল্যদগী কাওবা হেন্না মহাক্না মো অতোম্বাবু লুংশিজরম্বা য়াই। মপী তৈথোক্লগা মহাক্না মপুরোইববু মথোঙ মখুং হামদোকহল্লগা নমহুনা লাই থুক্লয়বা কমহল্লে, অহুম্না মহাক মাঙ্গোলদা থোরক্লুনা তুম্বিন্না কয়রে।

ভাইহাক্তং লৈরগা মাধবকী খোঞ্জেল তাররে। অন্নপূর্ণানা মথরায় খুবাক্তা হাপতুনা মপুক্লিং কাথহনা মনাকোং অনিদা খুদোম্বীনা চেংনা মেন্দুম্না চপ য়ুংনা কমহনা লৈগ্রে।

মাধবনা চাকশঙদা থিরুরগা লাকপদা অমম্বদা অন্নপূর্ণা কমহনা লৈরম্বা উবদা খোঞ্জেল কন্থা-করুম্মনা হায়ররকই, "ইচৈমা, তাবিরৈনিনে ?"

অন্নপূর্ণা মমাই নোমখংপা ঙমদ্রে।

মাধবনা হায়ররকই, অমুলা অমুক্তং চংলুবা দরকার ওই, অরোইবা মতম য়ৌররুমাল্লে নিংই।"

অন্নপূর্ণা উপথুননা তুহনা হিক্রা হিক্রা কপখংলক্রে।

যাদবনা অসোমগী কাদগী অঙাওবগী মতৌগুম চেম্লরুগা হায়ররকই, "মতু ওইবা য়াম্মোই মাধব! ঐনা হায়রিবসিনি ওইবা য়ারোই! ঐনা জ্ঞান তানা নত্ত্রগা তাদনা কনাদস্থু অরাবা পীখিদ্রি, ঈশ্বরনা ঐবু চহি মতাং অসিদা কবিগুম্বদস্থ অহুগুম্বা চৈরাক পীরক্লোই।"

মাধব তুম্মিম্না লৈ।

যাদবনা হায়ররকই, "ঐঙোন্দা ৱা পুম্নমক শেংনা তম্মু— ঐ চংতুনা নুপীমচাবু লৌরুগনি— নঙ পাখংকনু মাধব— গাড়ী য়াউরকপ্রা ?"

মাধবনা হায়ররকই, "ঐ পাখংতে দাদা, অহুবু দাদানা তৌবিরিবা মওংহুবু করিনো ?"

"করিস্সু ভৌদে। হৌগৎলো মৌ-অহল, লাকও অমূল্য—"

মাধবনা খামদুনা হায়রকই, "অহিং অসি হৌখিসনু দাদা।"

"নত্তে নত্তে, মহু য়াদে— নঙ ফিঙ্গংকনু মাধব— গাড়ী কৌরকউ নত্রবদি ঐ খোঙনা চৎথ্রগনি।"

মাধবনা অমুক য়া ঙাংদনা গাড়ী লৌরুরবদা মখোয় মরিমক কাথংথ্রে।

যাদবনা হায়রকই, "মহুগী মখাদি?"

মাধবনা হায়রকই, "ঐ লৈরমদে— ভশেংবদি খঙদে। ঙুমিং মরি-মঙানিগী মমাংদা য়াম্না কন্না নাবগী মথক্তা তোইনা তোইনা য়াষ্কে, অহুগী মতুংদগী হৌজিক কাওবা কনানস্সু হিদাক অমদি শঙ্গোম মরিক অমা কাওবা পীথকপা ঙমদে হায়না তাই। ভাংদাংবদি হায়বা ঙমদে, অহুবু আশাদি অমুক লৈত্রে।"

যাদবনা ইচং থৌনা হায়রকই, "ভশেংনা আশা লৈ, চাম্মরক আশা লৈ। ঐগী নুপীমচা হিংলি। মাধব, ঈশ্বরনা ঐগী ইচিন্দগী অরোইবা চহি মতাং অসিদা মীনখা য়া হায়হল্লোই— ঐ ঙসি কাওবা ওইদবা য়া ঙাংলক্তি।"

মাধবনা থুদক্তা নোম্বদুনা ময়াম্বগী খুয়া-উফুল লেংহনা মকোক্তা হাপ্লগা তুম্মিন্না ফমদুনা লৈখ্রে।

## তরানিথোই

সুমিৎ কয়ানিদগী হৌনা বিন্দুনা চয়া হেন্দুনা মশাবু ময়েং তাহঞরকখি, মহু কনানসু খঙবা ঙম্মদে। মশামদা লাকপগা নায়রে। নিনি শুবদা অনি-অহুম্রক য়াইম্ব— মহাকী অকোনবা য়াম্বা অহু অমুক ঙাম তারকপা পামদবগুম্মী। য়াম্না কম্না হোংনবদগী কনা কুইরবা মতুংদা মহাক ঙাম তারকখিবা মতম অহুদা মহাকী মিঙুল তশেংন। হুন্দ্রে হায়বা য়ানা পিকথখি।

পাউ ফংহুনা মাধব লাকই। বিন্দুনা মপুম্নোইবগী খুম্না-উকুল লৌরগা মকোক্তা হাপ্লি, অহুবু ময়া ক্রক ক্রক চিকশিন্দুনা লৈখি, কনা কন্না হায়নরবসু শঙ্গোম মরিক অমা ফাওবা থকউ য়াদে।

মাধবনা নিংবা কায়রহুনা হায়রকই, "নতোমদা শিজনবা হোংনম্নিবা করিগীনো?"

বিন্দুগী উইশিল্লিবা মমিংকী মিংলুদগী মপী শিন্থরকই। ঙাইহাক লৈরগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঐগী লৈজবা পুম্নমক অমূল্যগীনি। শুপ্নগী লুপা লিশিং অনিদংদি নম্রেন্দা পীবিয়ু, অহুগা মাবু লাইরিক তমহনবিয়ু, মহাক্না ঐগী অমূল্যবু য়াম্না লুনা তৌবনি।"

মাধবনা অয়ানা মচিনবান ক্রক চিকশিন্দুনা কপ্লিংবা নমহুনা থাংলকই।

বিন্দুনা ইঙ্গিত তৌহনা মহাকপু অমুকস্থ নক্কা কৌশিল্লগা ভুস্মিন ভুস্মিন হায়রকই, “মহাক্কা নত্তনা অতৈ কনানস্থ ঐঙোন্দা মৈ. চুহনবিরক্কস্থ।”

মাধবনা মচুগী চৈথেং অহুস্থ নমচুনা খাংলগা মনাকোংদা হায়রকই, “কনা উমিংবগে?”

বিন্দুনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, “তোক্কসিদা।”

বিন্দুগী মমানা অমুক্কং হিদাক পীজ-পীথক্কবা হোৎনরৈ, বিন্দু মম্মা চিকশিন্দুনা অহুম লৈরে।

মাধবনা হৌগৎতুনা লেপ্লগা হায়রকই, “মচু মারোই বিন্দু। ঐখোয়গী র়দি তাক্রে, অহুবু মম্মা লৌদবা ঙম্লোইদবা মহাক অহু কৌক্কনবা ঐ চৎলবনি। ঙুপ্পগী ঐগী রা অসিমদদি ঙাক্কস্থ, হল্লকপদা উম্মবা ফংননবা!”

অসি হায়রম্লগা মপালদা খোকখি।

অহিং অহু বিন্দু শান্তি ওইনা তুম্মী।

মতম অহু সুমিং খোয়কপদা মঙাইরি; মাধবনা কা মসুংদা চংলক্কুনা থাউমৈ মুথৎলগা খোঙনাঙ হাংদোকপমক্কদা বিন্দুনা মমিং পাংথোক্কুনা মমাংদা অমুক্কী শেংলবা সুমিং-মঙালদা মপুরোইবগী মাইথোং উবদা নোকক্ষেৎ তৌনা হায়রকই, “করম-কালদা য়ৌবিরকপগে?”

মাধবনা হায়রকই, “য়ৌরকপদা ঙাইরি। দাদানা অঙাওবগী মতৌগুম ওম্হোক্কা থীনা কপ-লাউরকই।”

বিন্দুনা তপ্না হায়রকই, "মহু খঙজৈ। মাগী খুন্না-উফুল খরদং পুবিরকপ্রা?"

মাধবনা হায়রকই, "মহাক মপালদা কমহ্না হিদাক থক্লি, ইতৈমা মখোঙ-মখুং হামদোক্লি, অমুল্যা গাড়ীদা তুমখোকখিহ্না মখক্তা শুন্নম্লে, হৌদোরকউরা?"

বিন্দুনা ঙাইহাক লেংদনা লৈরগা "নত্তে তুমজখিসন্নু" হায়রগা তপ্না তপ্না য়াওন্দুনা হিপপ্লে।

অন্নাপূর্ণানা কাহ্নগী মনুংদা চংলক্লগা লুখুম ওইরপ্না কন্নগা মকোক্তা মখুংনা নানবিরকপদা মহাক চঙক্লপ্লে।

অন্নপূর্ণানা মিনিট অমরোম মশাবু ফাখজরগা হায়রকই, "হিদাক চাও-থকউ য়াম্রিবদি করিগীনো ইনাও, শিরগে হায়হ্নরা?"

বিন্দুনা পাউখুম পীরক্তে।

অন্নপূর্ণানা মহাক্তী মনাকোং ময়াদা মচিন থন্নগা তুম্মিন তুম্মিন হায়রকই, "ঐগী থম্মোয় কায়গদৌরে, মহু খঙবা ঙম্বরা?"

বিন্দুনা অহুন্না তুম্মিন তুম্মিন খুন্নকই, "খঙই ইচে।"

"অহৃদি নমাই ওন্থোরকউ। নঙবু য়ুমদা পুগনি হায়হ্না নঙগী আজ্ঞাহল লাক্লি। নঙগী নচানুপা কপ্না কপ্না তুমপ্রে। ঐগী য়া লৌ, সোমদা নমাই ওন্থোরকউ।"

বিন্দু অহুম ওইনমক মমাই ওন্থোরক্তে। মঙক হাইহ্না হায়রকই, "নত্তে ইচে, হান্না তম্বিখো—"

অন্নপূর্ণানা হায়রকই, "তমগনি ইনাও, নহাক অমুক্তদি য়ুমদা হল্লকখো।"

মতম অসিদা মাদব চংশিল্লকুনা খোঙজিল ময়াদা লেপ্পবমক্তা অন্নপূর্ণানা বিন্দুগী মকোক্তা চাদর চিংখৎশিরে।"

যাদবনা মিংকুপ অমত্তং মশা 'পুস্থা কিনা কুপ্লিবী, মহাক্তা লুনা 'তৌজবী মো অতোপ্প রোমদা ওনশিন্দুনা য়েংলগা মপী খিংহুনা হায়রকই, "য়ুমদা হল্লসি নুপীমচা, ঐ নঙবু লৌবা লাক্লিবনি।"

মহাক্কী কংশিল্লবা তাইফেং তাইরবা মাইথোং উবদা লৈরম্লিবা মী পুম্নমক্কী মিংতা পী ঊৈরা চেম্নরক্লে।

যাদবনা অহুম মিংকুপ অমরোম তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "অহুনা নোংমা নঙনা অস্তুপশিংদা চাউরিরুঁদা নুপীমচা, মতম অহুদা ইশামক লাক্লুনা ঐগী ইমুংগী মবেশ্মা লপ্পাবু লৌরখিবনি। অমুক হল্লা লাক্লগনি হায়বা খল্লমদে; অহুনা নুপীমচা তাও, ইশামক লাক্লবা মতম অসিদদি নঙবু লোয়নহুনা পুরগনি, মহু নত্ত্রগনা মাইকৈ অসোমদা অমুক মাই ওল্লরোই। খঙইদনা নুপীমচা, ঐদি মীনম্বা রা ঙাংদে হায়বা!"

যাদব মপালদা থোকখ্রে।

বিন্দুনা মমাই লৈশিল্লকুগা হায়রকই, "পীরো ইচে, কন্নিনো পীজ-পীথকনি হায়বহু। অহুগা অমূল্যবু ঐগী ইনাক্তা শুম্বিরম্লগা ময়াম পুম্নমক মপালদা পোথাবিরুরো। অমুক কৌনিংঙাই লৈত্রে— ঐ শিররোই।

লোইরবা

শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী

রঘুমণিনা হন্দোকপা লাইরিকশিং